# য়োং নত্তে মীনি

( বায়ূ পুরান্দা পদ্মনাভ অমস্থুং শুরজ্ঞয়গী ব্বারি )



অইবা :-

শ্রীতেকচম রামেশ্বর সিংহ

ব্বাংজিং।

*A collection of Story Narration & its Approaches.*

Tekcham Rameswar Singh

ফোংঙজবা চহি : মার্চ, ২০০৩

কোপী মশিং : ৫০০ (চামঙা)

মমল : লুপা ৫০/- {যাঙ্খৈ }।

মথুমগী লাইয়েকপা :— যাইখোম্বা মোইরাংথেমচা

ফোংঙজবা :- শ্রীমতি তেকচম ওংবী লোইদাং দেবি
বাংজিং তেকচম লৈকাই।

ফংফম থোকপা শুমনমক : অইবা মশামক

*Printed at :- Yaibee Press Wangjing.*

“ শ্রূয়তাং ধর্ম্ম সর্ব্বস্বং শ্রুত্বা চ হৃদি ধার্য্যতাম।
আত্মনঃ প্রতি কুলানি ন পরেষাং সমাচরেৎ ॥ ”

“ ধর্ম্মগী মচিবু তাও ; তারগন্সু থম্মোয়দা হাপউ।
নশাক্কী মরিদা ফত্তবা তৌবা পুম্নমকপু মী মাগী মরিদা
ফত্নবা চৎলুগদবা ওইদে (মতুবু কোক্লবা হোৎনগনি)॥ ”

“মনস্যান্যং বচস্যন্যং কর্ম্মন্যন্যৎ দুরাত্মনাম।
মনস্যেকং বচস্যেকং কর্ম্মন্যেকং মহাত্মনাম ॥ ”

“ ফত্তবা মীশিংগী পুক্নিংদা অতোপ্পা অমা ওইনা লৈ ।
মচিন্দা অমা ঙাংই, থবক্তা অমা তৌই ।
অথবা মীশিংগী পুক্নিংদা অমত্তা মৈপ্প-মনিংই।
নিংলিবা অদুত মঙাংই, তৌথোরকপা থবক্তসু,
মচিন্না হায়বদুতা মতৌই ॥ ”

—বায়ু পুরান ।

# " কচ্চবা "

মনিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দা;
লৈচন শুদ্রবা ৱারেং ওই,
কচ্চরী মসিমক্তং " যোং নত্তে মীনি "
শ্রীতেকচম ৺কুশা সিংহ
সাগৈগী থাউমৈশুম্না ভাম্বীরম্বা,
ঐগী ইয়াম্বা অহল ইবুংঙো.
ননাওনা পাবুং হায়না থাগোম্বা,
পংলবা ননাওদা জ্ঞানগী লমজিং পীবিরম্বা
করিনা লম্মন শিংগনী ?
কচ্চরী ইয়াম্বগী মফমদা,
হৈজদ্রবা ননাওগী খুদোল, নাটক,
" য়োং নত্তে মীনি " ।

কচ্চরীবা :—
শ্রীতেকচম রামেশ্বর সিংহ
ৱাংজিং তেকচম লৈকাই ।

তাং ৯ । ৩ । ২০০৩,

ৱাংজিং

# য়াওফম তাকপা



---

# বায়ূ পুরান্দা পদ্মনাভ শুরঞ্জয়গী ৱারি রাজ দরবার :– অহানবা শরুক

মহেন্দ্র পর্ব্বত (চীং)গী মনাক্তা রাহুদ্যা তুরেকনা হেৱা হৌইবা চেন্দুনা জীবশিংগী অরা-মুংডাই পুম্মিদা শরুক য়ামিন্নরী চীং অতুগী মনাক্তা লৈতেম মান্নবা (তম্পাক) দেশ অমা লৈরম্মী। মহ-দা সূর্য্য বংশগী রাজা পদ্মনাভ-না লৈবাক পাল্লম্মী। দেশ অতুগী মমিংবু 'কোলা' হায়না খঙনরমই। পদ্মনাভ মশক মতৌ ফজবা ইনথৎলকপা নহা ওইরমবা, সূর্য্যা বংশকী রাজপূত শাগৈদা পোক-পনি অতুম ওইনমক বিদ্যা মহৈ'দ মপুঙ ফারমদে। মহাককী পাত্র মন্ত্রিশিং অতুগী মরক্তা সুরঞ্জয় কৌবা মান্ত্র অমা য়াওরম্মী। মহাক পদ্মনাভ-গা চহি লেংগা ওইবা নৌরীবা চহি ৩০ রোমগী মীওইনী। লাইরিক লাইসুদস্র মতিক চানা হৈরবা মন্ত্রিনী। পুম্ন-মক্কা অনিশুবা শগোলশেল গুরুশুস্বনী হায়না ব্যবহার তৌনৈ। নিংথৌগী সভানী, অঙম-অথৌ শুনা তিল্লে। নিংথৌ সভানি :

নিংথৌ পদ্মনাভ :- যব মন্ত্রি পূয়মক শুনা তিনবীরে। ঙসিগী সভাদা

বাহং অমতং থমজরী। পুম্নমক্কা পাউথুম পিবীয়ু।

"ঙসিগী তাইবঙ সংসার অসিদা কন্নিনা অথোইবনো" ?

মন্ত্রি সভা : (তুমিন তূমিন লৈরম্মী, পাউথুম পিবা ঙম্মদে )

শুরঞ্জয় মন্ত্রি : ঈনিংথৌ ইবুংঙো, ননাইনা খুরুমজরী !

পদ্মনাভ : তাশি শুরঞ্জয়, নঙগী করম্বা পাউথুম 'মথা চৎথৌ।

শুরঞ্জয় : ঈনিংথৌ ইবুংঙো, ঙসিগী তাইবঙ শংসার অসিদা পুম্ন-মক্কুগী অথোয়বদি "মহৈ হৈবা হায়বশিনী"

পদ্মনাভ : করিনোনে শুরঞ্জয় ! নহাকপু ঙাওরবরানে ?

শুরঞ্জয় : ঈনিংথৌ ইবুংঙো নমাই মখ্রি ঙাঙজদে।

পদ্মনাভ : ঙাওদ্রবদি, করমনা লাইরিক হৈবনা পুমনমক্কী অথোইবনি হায়রীবা ?

শুরঞ্জয় : (য়ামনা ইংথনা) ননাই ঐবু ঙাকপিগনী, ইনিংথৌ লৌ-উব-শিংনা লৌ-উত্নুনা মহৈ মরোং অমদি ফৌ ফঙই। ফৌ অদু অমুক তকথোক সুদোক্লগা চেং ফংই। চেং অদু অমুক থোং-লগা চাক ওইনা চানৈ। মীওইবগী থবায় ওইরীবা চাক অদু চারগা ঐথোয়না হিংলিবনী। ইনিংথৌ ইবুংঙো। পুমনমক অসি জ্ঞান অমদি লৌশিংদগী থোক্লীবা ওহাক্তনী। ফৌ মপৈ মপৈ পৈত্নুনা লৈরবস্থ, ফৌদগী চেং ওহ্লনবা য়াই, চেংদগী চাক ওলহনবা য়াই হায়বশি মীওইবনা খংলমদ্রবদি ফৌ অদু-মক্তি চাবা য়াদবনীনা, অরেম্বা ওইরমগনী। ইনিংথৌ ! জগৎ শংসারগী মনুংদা জীবশিংনা হিংলিবশি বিদ্যা মহৈগী মপান্ননি। বিদ্যাদগী জ্ঞান ফঙই, জ্ঞান লৌশিং অদুনা জগত্তা ওইথোক্লোই হায়না থম্নবা হিরম কয়াবু লায়না ওইথোকহল্লি। মরম অদুনা মহৈ হৈবনা অথোইবনী হায়জবনী, ইনিংথৌ।

পদ্মনাভ : ফরে, অদুদি সুরনজয় ! অমুক্কা হন্না থল্লু—হৌজিক ঐথোয়না ফম্লিবা দরবার, মহাসভা অসিদা দেশ অসিগী মী নত্রগা অ-তোপ্পা দেশ অমদগী কনাগুম্বা মী অমা লাক্লবদি, কনাদা হান্না পুজা নত্রগা ভক্তি তৌগনি ?

শুরঞ্জয় : ঙাকপিগনী ইনিংথৌ ইবুংঙো ! মহাক অদুনা ইনিংথৌদা হান্না পুজা নত্রগা ভক্তি তৌগনী।

পদ্মনাভ : (মোংমান নোক্লতুনা) অদু ওইরবদি সুরনজয়, সংসারশিংদা অথোইবসি নিংথৌনা ওইফম থোক্তরনে ?

গুরঞ্জয় : ইনিংথৌ ইবুংঙো ! অচুম্বনী নিংথৌনা অথোইবনী অদুবু নিংথৌনা লৈবা গুন্দি রাজ সিংহাসন অমদি মহাক্কী মরৈবাক মরমদম অদুগী মনুংদা লৈজবা গুন অমদি শক্তিনী। রাজ সিংহসন অমদি নিংথৌ অদুনা মীরৈবাক লানগ্রবদি নিংথৌগী গুন অমদি শক্তি অদু ময়াই চয়কই।

পদ্মনাভ : (শাউরপ্না) মতুদি করমনা সুরনজয় ?

গুরনজয় : ইনিংথৌ ইবুংঙো ! তাবিশি, ময়ুম পান্দ্রিবী মুপাগী য়ুমনাক অরেপ্পা খণ্ডনদ্রিবগুম, রাজপদবী (নিংথৌগী খুভম) হায়বশি অরেপ্পা লৈতে। কনাগুম্বা রাজ বিদ্রোহি অমনা লাম্দারকতুনা সিংহাসন অদু মুনখিবা য়াই। মা-লুপা, লন-থুমমু শিজিন্নরগা ময়েং তারকই, লোইবা নাইরকই। বিদ্যা মহৈদি য়েক্লবনা মুনবা ঙমদে, হুরানবনা হুবা ঙমদে, মীঙোম্দা পিথোক্লিবা মথৈ য়াম্বা (মপুংফাবা) হেল্লকই। মরম অসিনা জ্ঞানিশিংনা, শংসারদা বিদ্যা মহৈনা অথোইবনী হায়নরীবনি-নে ইনিংথৌ ইবুংঙো !

পদ্মনাভ : (করেমনরতুনা) গুরনজয়, নহাকপু জাইরিক হৈবা মুপানি হায়না হায়নরীবা অসিবু কদায়দনো ? থরানমীচাকশিংগী লৈতেংদি থানা ওইরীবনী। হুপিশিংগী লৈতেংনা মপুরোইবনা ওইরীবনী। নিংথৌনা পৃথিবীগী লৈতেংনী হায়নরীবা অসিবু তাত্রবা জাংলা নঙবু ? মরমশিং অসিনা শংসারগী মনুংদা নিংথৌনা অথোইবনী থম্লু-নে, সুরনজয়, য়ুম্না থম্লুনে, নহাকপু।

মহাসভা : (নিংথৌগী রাইহৈ তাবদা দরবার অহুমা তিল্লিবা, চিরোন ইহৌরবা মন্ত্রিশিং অহুনা থঙলে মহুদি : পদ্মনাভনা মশাগী মশাবু চাওহন্নিংবদো। মরম অহুনা অতৈ মন্ত্রিশিং অদুনা হায়রকই।) —অচুম্বনি, অচুম্বনী ইনিংথৌ শংসারদা নিংথৌনা পুমনমক্তগী অথোইবনী।

শুরঞ্জয় : (য়ানিংদবা মওংদা) ইনিংথৌ অমদি পাত্র-মন্ত্রি পুম্নমক্কা প্রধান অমত্তগা থৌগনজগে রাফমদি — "হিরা মনি মুক্তাতনা হওক্লবা শারবা মথোল কয়াগী দলাল অমগী মমুংদা, তাইঙ পুক্কং শুম্মংপা ওন্না পোৎ-চৈ কয়াস্থ থম্লবা, অহুদগী মীওইবগী পুক্সবু অমর ওইহন্না ওম্লবা লাইরৈবাক্কী অমত্ত চফু অমস্থ থম্লবা। অমত্ত অহু থক্লবদি অমর ওইগদৌরিবনী, অহুবু হুমদাংগী মতমদা ইমুঙ অহুদা থাউমৈ থাম্রবদি, দলাল অহুগী ফজবস্থ উবা ফংলোই। মমুং অহুদা লৈরিবা ফজরবা লৈতেং ময়াম অহুস্থ উবা ফংলোই। অমত্ত থক্লগা অমর ওইগদৌরিবা অমত্ত চফু অহুস্থ উমন্নদদি থিবা ফঙলোই।

মহাসভা : (ময়াম পুম্নমক ইঙক ঙক্লা তুমিন্না লৈনৈ)।

পদ্মনাভ : শুরঞ্জয়! মহুনা করি হায়রিবা? মথা তাউ, ভাব তাহল্লু।

শুরনজয় : ইনিংথৌ ইবুংঙো! তাইবঙ মীওইবগী হকচাং অসি ঈশ্বরনা শেম্বীরক্লিবা দলালগুম্বনী। মসিগী (হকচাং অসিগী) মমুংদা মমল নাইদ্রবা তাংলবা "লৌশিং" হায়বা পোৎ অমা লৈ। মহু "জ্ঞান বটি" হায়বা লৌশিংগী থাউমৈ অহু থাম্রবদি মমহুনতা লৈবনা করি অমত্তা উবা ফঙদে। মীৎ পাল্লবস্থ উদে, নাকোঙ পাল্লবস্থ তাদে, চীন পাল্লবস্থ লোল থোক্কবগা পাথক্লি। মন্নিবহু ভাম্রবা উপায়দি লৌশিংতনা ওন্মী।

লৌশিং অত্তু কণ্ডনবা পাইশ্বেদি বিদ্যা, মহৈ, অমস্তুং লাইরিক হৈরগা পুমনমক থণ্ডবা ওম্মী। মরম অতুনা মহা-জ্ঞানিশিংনা প্রমান পীনরি— "বিদ্যা, লাইরিক হৈবা অমনা নিংথৌ চাম্মাগা চাংদমনবদা য়াদে, মহৈ হৈবনা অথোইবনী।" বিদ্যাথি ওইরবা মহাকনা চৎলুবা দেশ বিদেশ থাইদনা মহাকপু পুমনমক্তা সনমান ব্যাবহার তৌরোইদবা লৈতে।

পদ্মনাভ : (য়ামনা শাওনিংনা) শুরজয়, নওনা ঐগী সভাদা য়াওবশি নিংথৌ ঐগী গুন ময়েং ত্তানবনী, মরম অতুনা নহাক দরবার সভা অসিদগী থোকস্রো।

শুরনজয় : (নোল্লক্লা) "ফগনি মহারাজ চচ্চরগে" (থোকখিবা)

পদ্মনাভ : (মনাই অগ্নচরশিংদা য়াথং তৌরকই) কনা কনা লৈ, শুরনজয় অসি বন্দিশঙদা পুশিনখো ………।

( দরবার লোইশিনবা )

# অনিশুবা শরূক

( রাজ দরবার : )

(দরবার অতুদা বর মন্ত্রিশিং বা তাম্নরী )

পদ্মনাভ : তাবিশি বর-মন্ত্রি পুমনমক, শাস্ত্রগী নিয়ম হায়বগীদমক শুরনজয়বু বন্দিশংদা থম্মী হায়তুনা লৈবাক মীয়ামনা নিংথৌ ঐবু নিন্দা তৌনরকপা য়াই। মরম অতুনা শুরনজয় মহাকপু কৌশিল্লবনা চুমগত্রা থল্লি।

মন্ত্রি সভা : অচুম্বনি ইনিংথৌ, লৈবাক্কী থন্না স্না য়াথং চৎথবীয়ু।

পদ্মনাভ : কনা লৈবগে ? গুরনজয়বু বন্দিশঙদগী য়াম্না থুনা পুরকউ ।

গুরনজয় : (মনাই অমগা লোয়ন্না চঙলকই) ঈনিংথৌ ইবুংঙো ননাই তোঙবনা হন্না হন্না খুরুমজরী ।

পদ্মনাভ : (নুংশিবা মিয়েংগা লোয়ননা) গুরনজয় মন্ত্রি, লেংশিনবী-শি ফম্ফম্নাংদা লেংশিন্বীশি ! নহাক হৌজিক করি খল্লি ? ঐবু বায়েৌরব্রা ?

গুরনজয় : (নোক্লহুনা) এ ! ইনিংথৌ ! করিগী দমক্তা ননাইনা বা-য়েৌজগদগে ? ননাই ঐহাক কল্লি অমতা বায়েৌজদে, নিংথৌ হায়বা অসিদি কিঙ্গী অংশনি হায়নরীবনি। ভাইহাক অমন ঈশিংগী আসন্দা, ভাইহাক অমনা মৈগী আসন্দা; ননাই গুর-নজয়না হঙ্গৎচবা মতাং অদু মৈগী আসন্দা লেংশিনবীবা মতাং থোক্লমদ্না ইনিংথৌগী স্না বুধি তায়োম্নখিদ্না বায়েৌ-বীবনি। ননাইনা হঙ্গৎচখিবদি গুন য়াওদবা। বুধি জ্ঞান লৈতবা নিংথৌশিংবু হঙ্গৎচবনী। থন্দুনা লৈরবা ঈশিংগী পাত্রদা অমুক অনৌবা ঈশিং হাপ্লনিঙাই লৈতবগুম, ইনিং-থৌদি বুদ্ধি জ্ঞান, গুন বাংপা নিংথৌস্নু নত্তে। পৃথিবীদা হৌরীবা উ-পান্বীশিংদগী অংগুর পান্বীবু অথোইবনী লৌ-থংনৈ। লাইরিক হৈবা পন্ডিত অমনা মুর্খগী লমচৎ চৎলবদি, মহাক্কী বিদ্যাগী গুন অদ্ মাংখি। অপঙবা নিংথৌ লিশিং অমবু পন্ডিত অমথক্তনা হেল্লি।

পদ্মনাভ : গুরজয় ! তোর্বান্দা লেপ্লনা য়েংলগা ঈশিংগী ঈরেপ খঙবা রাগনী। ঈয়াইদা কুমথরবতদা অরু-অথেল ঈশিংগী ঈরেপ খঙগনী। হৈথোঙদা কয়গা অমুনবা হৈ য়েংলগা হৈগী মহাউ খঙবা ঙম্লোই। উথক্তগী হৈদু হেক্লগা চারবতদা হৈগী

মচাউ খঙগনী। মরম অতুনা ঐখোয়নি দেশ কোযমীংকশি, মতুমতা লাইরিক হৈবনা মঙুন, শক্তি কয়া লৈ, অতুগা নিংথৌনা শুন, শক্তি কয়া লৈ, কনানা হেল্লি চায়বাদা মতুংতদা খঙবা ঙমগনী। ঐখোয় অনিনা ঙাংন শরুথিবা পূমনমক বারৌনবা যাদে, কাউথোক্লরশি ঙসিগীদি মম-নারগী সভা লোয়শিল্লসি।। (মরবার লোইসিল্লি।)

# অহুমশুবা শরুক :–

"পদ্মনাভ অমসুং শুরঞ্জয় মখোয় অনি হরাও হরাও য়ানরকুনা অফবা মুমিৎ অমদা কোম্লুংদগী যাত্রা তৌদুনা খোরক্লে মখোয় অনি অমুম লাকপনা রাহু হায়বা তুবেল অহু লাম্থোক্কনা খুঙং কয়া, অজল কয়া লান্দুনা চৎলম্মী। মুমিৎ মরিনী শুরবগী মতুংদা মখোয়গী দেশ অতুগী সিমানা, ঙমথৈ য়োরে। মতম অহু মুমিৎ তাগদোরে। মফম অতুদা লমোং মরি কাংবা লম্বী অমা লেরম্মী। মতুদা চাওরবা মনা পুংলবা বট পাম্বী অমসু হোৌরম্মী। বট পাম্বী অতুগী মখোঙদা মখোয় অনিমক অহিং 'চুম্না লেল্লে। নোং ঙাল্লে, নোংঙাল্লবদা হুকচাং শেংদোকপা লোইরবদা অসুম্না খম্নরম্মী"।

পদ্মনাভ : শূরঞ্জয়! ঐখোয় অনি পুম্না চৎমিন্নবা অসিনদি, ঐখোয়না থুংনিংলিবা অমসুং খঙনিংলিবা পম্বং অসি য়ৌনা খঙবা ঙম্লরোই। মরম অতুনা ঐখোয় অনি থাদোক্লরগা, মাইকৈ অমমমদা চৎনরশি। হায়যু শুরনজয়, নহাক করম্বা মাইকৈদা চৎনিংউ?

শুরঞ্জয় : মহারাজ ইবুংঙো, ননাই ঐগীদি মহারাজনা তাকপিবত্‌হ্‌না ননাইগী অপাম্বনী।

পদ্মনাভ : ফরে, অদুদি নহাক্না অবাং পাংবা লম্বী অসিদা চৎখ্রো ঐনা মখা পাংবা লম্বী অসিদা চৎখ্রগে। ঐখোয় অনিমক্ থা মরি চুপ্পা দেশ কোয়গদবনী। শুসিদগী থা মরি হেক শুবা মুমিত্তা অমুক হল্লক্লনা বট পাম্বী অসিগী মখোঙসিদা উন্নশি। তৌবতদি থা মরি অসি শুরগা ঐনা হান্না থু-লরবদা নহাক লাক্লমম্রবদি নহাকপু ঐনা থিরকনী। নহাক্না হান্না হল্লক্লনা বট পাম্বীসিগী মখোঙ য়োরকপদা ঐহাক লাক্লমম্রবদি নহাক্না ঐগী খোঙগুল লিত্নুনা থিরকউ।

( অমুমনা মখোয় অনিমক থাইদোক্লত্নুনা চৎনখিরম্মী। )

## মরিশুবা শরুক :

### শুরনজয়গী খোঙচৎ

শুরঞ্জয় মখোনা ফবা। বুদ্ধি-লৌশিং অমসুং মহৈ বিদ্যাদা অরাং-পা লৈতবা নিপানি। মথং মথং বন উপবন, চীং-মান কয়া লাম্দুনা লাকপনা শরমাই তুরেল থেংনরম্মী। মথংদা শুরুবা জঙ্গল, পাং-তুরেল কয়া কয়া তুংওইনরমে। অমুম্না লাকত্নুনা নন্দিগ্রাম কৌবা খুঙ্গঙ অমা য়োরম্মী। থুল অদুগী মীশিংগা ভাংনবা বারি অমা শুরনজয়না তাক্লবদগী থেংনবা নহা অহল থাক্তনা বারি শাত্‌না মরম কয়ামরুম হংলমই।

শুরনজয় :— মহাশয়, করিগুম্বা থরাদং হংজগে, লমদম অসিগী ওইবা মরমদা খংজনিংই। ঐহাক মীত্তোপনি, লমদমসিদা অনৌবা জ্ঞান ওইগদৌবা থরদং খঙজনিংত্নুনা খোঙদাজ-রকপনী।

খুলগী মী অমা :- খুলশিগী অরাং পাংবদা হরিটালি কৌবা চীং অমা লৈ। মথুদা মহাদেব নিংবা মহাসিদ্ধি পুরুষ অমা লৈ, অমস্তুং মহাক্না হায়বা, ভাংবা য়াইহ পুন্নমক লাইগী পাউতাক অমগুমনা শোয়দে। অয়াং পাংনা অস্তুম চংশিয়ু থোংনগনি · ······ ।।

শুরঞ্জয় :- মুংভাইজরে, হায়য়গা অমুক থোঙশানয়ে — ——.. ।

শুরঞ্জয় :- ও! আদা শঙ মচা অমা লৈরে। অদুগা শঙ অসিগী মনুংদা যোগ সাধন তৌদুনা নুপা অমস্তু লৈরে। ফগে, মুনিগী ধ্যান কায়দনবা মহাক্কী মনাক অসিদাইদা থুং লোয়দুনা তুমিন্না ফম-দুনা লৈরগে।

যোগী :- ওঁ! সিবায়ে নমঃ। মহাশয়, নহাক কনানো? মফমসিদা করি তৌবা লাকপনো?

সুরনজয় :- হে মহার্ষি! ঐহাক সম কোয়বা লাকচবনী। মদুদা যোগী বাবাগী গুন তাজবদা ভক্তি কচ্চনিংদুনা চঙজয়কপনি। ননাই-না হন্না হন্না খুরুমজরী।

যোগী :- মহাশয়, নহাক অকিবা, খুদোংথিবা থবা থোংনগদোরী। অদুবু মমৈদদি অদুমক নঙতনা জয় ওইগনী চীংনগনু। মঙ্গল ওইয়ু।

সুরনজয় :- মকোক নোল্লদুনা, ভাকপীগনী মহার্ষি ননাইগী অফবা মঙ্গল পিনবীগনী। ননাইনা বিদাই নিজরী। ( চংখি )



# মঙাশুবা শরুক

( খুদোংথিবা )

**শুরনজয :-** নহাল মথৈ অসুক শাংলবা লম্বী অসি লাকপদা অসিগুম্বা সহর অমা থেংনখিদ্রি। ফজপ্রেদা, সহর অসি, চাউরবা লম্বী অসিগী নাক-য়েক্তা ফজ-ফজরবা উপালশিংমা পরেং পরেং হোরীবা। মথল কম্বাগী লৈশিংনা চরোং চরোং শাংলিবা। কয়াদা পুক্নিং শুমহৎনিঙাই ওইরীবা দৃশ্যনো! ও! অদুবু ঙক্লিবদি অসুক ফজরবা লম্বী অসিগী ময়াইশিং অসিদা মী চৎনদবা লম্বী-গুম্না নাপী হৌরি। থোইদোক্না ঙক্লিবনা শাংলবা লম্বী অসি লাকপদা মীদি লাইরবুনা শা-যণ, উচেক বায়া অমত্তগী মখোল তাদে-নে। ওম্বোকপনিদা, লমশাং লাকপগী চোকথবনে, চানিং থক্লিংবগী অরাম্বনে করম তৌশিগে।

ফরে, মসিদা লৈরীবা ফজরবা যুম অসিদা চঙলগে। অদুগা চরা অমতং চাবা ফঙব্রা য়েংলগে। ( চঙলকই )
—যুম অসিবু কনা কনা লৈবগে? হো তাবীরিবরা কনা কনা লৈবগে? হুম! কনা তমত্তা লৈত্তবা মাল্লে, ওম্বোকপনিদা · ! ফরে, মথংগী যুম অসিদা অমুক চঙলগে, মসিমসু জিব অমত্তা লৈবা উদে; কয়ম্নো, মহুর আসবু মী পোং লৈত্তবা সহর হায়-বদুরা? ঐবু করম থোক্লগবা মক্তম অসিগী তৌরীবা মতৌশিবু। কৈ, ঐ দুপানি য়েংথিবা তাই। এ! মসিদি চাওরবা ফুরা দলানতনা কুংনা শারবা চাউরবা যুমনিদনা।

যুম অসি নিংথৌগী কোহুং ওইরম্বা তাই। ইস! হোজং অমদি থোঙশিং অসি ওম্বোক্না ফজপ্রেদা। ও! মসিদি নিংথৌ-গী রাজ সিংহাসননিদনা, অদুগা মসিনা নিংথৌগী থাংশাং ওই-বা তাই; ফরে, মসি পাইশিন্দুনা থুংলাই ওইরগে।

এ ! ম'সিদি য়াম্না লংঙিনা, করি ওইনরীদগে ? এ ! মসি'দি লাইরুবদগী মফম অসি পুন্সিম মমপ্রেদনা। উদ্রে, খুৎ ওই অ'সনা অমূক্তা লাইখিগে, আই করিনো অমুক পুমঙাল তাল্লকইশিবো ! উম ! মসি মনি হায়বা তাংলবা পোৎশক অদুনি। মসি মাংহবা য়াদে, পুরগে। য়ুম অসিগী নাক-য়েং অনিগু ওস্তোক্লা কজপ্রেদা, ফরে, মসিদা চৌরীবা চীংগু-উ পাম্বী অসিগী মতোন তাম্না কা-রগে অদুগা অরাপ্পা অমস্তং অনকপদা করি করি উবগে য়েংলগে। উপাল মথক য়ৌরেদনা, আই ; উ অসিগী মনাক্তা চাক থোংনে-পাত্রনচিংবসু লৈ। মসিনা কনাগীনো ? অদুগা মতম কুইনা চাক থোংলকপগী য়াম্নবা উৎপুগু অমসু লৈরে, মসিনা করমতৌ-রিবা জাৎনো ? ওস্তোক্লা ঙকপ্রেদা, ইকৌক কোকপা উফুল মরক অসিদা খুদুপ মরিরোম লাংবা খোঙগুনশিং তারিবা অসি-গুক কনগী খোঙগুম্নো ? অদুগা খোঙ্গুল অচৌবা আসিগী মরক্তা মচা মচা থরা তারিবা অসিনা কনাগী খোঙগুল ওইরীদগে, ওস্তোক্লা খঙনিংলেদা …… ।

আই, থংনবা উ-পাম্বী অসিগী মখোঙদা য়োং অমসু য়োং-ল্লৌনা পুন্দুনা লৈয়ে-নে। মনাঙগী শক শয়াং কয়ামসু তাদুনা পৈদুনা লৈরিনে। মসি পুম্নমকশি করিসু ওইরম্মরোই, শোইদনম-ক্কী হিংচাবা হীংচাবীশিংগী লৈফম ওইরম্লগনী থংনরীবা মফম অসিদনা করিনো ? ও, ম'সদি পুখ্রি মচা অমনি। মথংগী অসিসু পুখ্রিনী ওস্তোক্লা মরাং কায়না ফজনা শেম্লেদা।

পুখ্রি অসিগী ঈশিং অসিদি শজোম মচুগুমনা ভৌরোক ভৌ ইদনা। উম, ঐনা নিংশিংলি—" দৃষ্টি খণ্ড " হায়বা লাইরিক অদুগী মত মতুংইন্না ভাংশঙ ভাংলবা ঈশিং, ভৌরোক ভৌরবা

ঈশিং, মচু মুরবা ঈশিং মখোয়শিং অসি মীওবনা শিঙ্গিন্নবা য়াম্রবা মচু চেন্নবা ময়াগী ঈশিংনি ।

নোংপোক পাংবা অশোমদনা করি লৈরিবনো ? হু ! অচৌবা পৃথিবী । মসিদি থমস থম্বালতনা কুক কুক ইন্নদনা শাংলে, ফদ্রেদা । খোহম্ব শঙ্গা শঙ্গানা লৈহৌ চুপকদবগী ড্রুং ড্রুং ড ।ঠানে, পুথ্রি অসিগী ফজরবা কযা অসি উক্লবদা ঐনা ওক্লম্বা চিংনরম্বা কয়াবু পুমকাউ কাউথিবগুম ভৌইদা ।

ঐনা নিংশিংলি— "অদ্ভুত শাস্ত্রা" হায়বা লাইরিক অতুগী মত মতুংইন্না তুল্লশি পাম্বী হোৌবা, থম্বাল শাংলম্বা, কুওো কোবা লৈ শাংলম্বা, বোকুল পাম্বী হৌরবা অতুগুম্বা মফমশিং অতুদা ভূট—প্রেটনচীংগা ময়াগী শক্তি চঙবা ওমদে হায়বদো । মফম অতুদি ঈশ্বরগী লৈফমনি করিম্নু চিংনানিংঙাই ওহদে ।

ইস ! ঐনা অস্নুমনা ত্তৌরীওঁদা মুমীৎ তাথিদ্লোরে কদাইদনো ঐনা চৎকদবা, লৈরুগদবা মফম অসিবো ... ।

ই-ই: কারিগী মখোলনো, অস্নুক য়াকপা মখোল অসিবু । পৃথিবী অসিবু কায়রবা জাৎলা ? কদোমদনো মশকস্নু উদে । ফরে অমবু ওইরে অমবু ওইরে ঐহাক থম্বাল শাংলীবা পুথ্রি অদিদা কুমথরগে । ঐগী ইশক অসি উদনবা ঈশিংদা লুপথরগে, কোক মথৈনা থমনা খেল্লোংশিং অসিগী মরুমদা লোৎতুনা লৈরগে । হে ঈশ্বর হবুংঙো, ননাইবু ঙাকপীয়ু । ননাইবু কনবীয়ু । ননাইনা হন্না হন্না খুরুমজরী ।

হ: মাসাদ হীংচাবীনিদনা, কয়াদা চাউথ্রবা মমিৎনো ? মৈবুলগুম্বা কয়াদা লংথ্রবা, কয়াদা বাংলিবা, ময়া অসিনা কয়াদা চৌরীবা অমমমনা শিংজও অমুক পাক্লবা । এ: হীংচাবী অসি চীংগুউ পাম্বী অসিগী মখোঙদা পাইথখরে ।

হীংচাবী :— হে য়োং চৎলশি লাক-ও পুখ্রিদা ঈরুজরুরসি, মথা থংবা পুখ্রি, ঈশিং অঙাংবা অসিদা ইরুজরগা নহাক মী অমুক ওল্ল-গদবনি। হৌজিক নহাক লৈশাবী ওল্লেদনা। চাক এঙ্গাং থোংলো চারশি।

লৈশাবী :— য়গনী ইমা, ঐ চাক থোংলগে। ওাইহাক পোৎথাবীয়ু। থুনা লোইজয়ক্কে

হীংচাবী :— থুনা লোরয়ু। ঐ পোৎথাগে, উইগে।

লৈশাবী :— চাক লোইরে ইমা, চাক চারাশ।

হীংচাবী :— লাক-ও ইমাগা পুম্না চামিন্নরশি। চাও নবুক থম্না চাও। ইমানা লৈরীবশিনি, নঙগী কমিন্নু য়াংলোই। নঙনা চানিংবছু চাও; ঈমানা পিগনী — —। ফরে, হৌজিক চাবা তোক্লবনিনা নহাক অমুক ঈরুজবীরগে। অবাং পাংবদা লৈরিবা পুখ্রীগী ঈশিং অঙৌবা অসিদা ঈরুত্থনা নহাক য়োং ওল্লগা হাম্নগুমনা উ অসিদা পুন্দুনা থনম্নগে।

হীংচাবী নমা ঐদি, ইথৌ চৎলগে, হয়েংগী অমুক চাননবা চৌজ্ঞাক থিরুগে নোংপোক পাংনা পাইথ্রগে — — —।

শূরজয় :- (ঈশিংদগী কাখৎলগা) হৌজিক্তি কনাস্থু লৈত্রবনীনা, ইবেম্মা য়োং নহাক পুখ্রিগী অঙাংবা ঈশিং অসিদা ইরুজবীগে লাও। নহাক হৌজিক কজরবী লৈশাবী অমা ওইরেদনা। নহাকী নপাউ তানিংই কমিনো নহাক্না তৌরীবা মতৌসে ? চিথদনা তম্মু।

লৈশাবী :— মহাশয়, কমি হায়শিগে ঐবু ..... ... ..। ইমা ইবেম্মা, ইপা ইবুংঙো নচাবু কমিনো তৌরীবা [illegible], ইমা ইমা — । (কপ্লম্মী)

শুরপ্রয় :- কপ্রগনু ইবেম্মা। হায়যু নঙনা মফমশিদা তৌরম্বিবা মতৌ, মওং অসি করিনো ?

লৈশাবী :- (তনিক তনিক্লা) মহাশয়, নহাক কনানো ? খুদোং-থিববা মফম অসিদা করিগীদমক নহাক্লা মফমশিদা লাক্লি-বনো ? ঐ খল্লরগা কপনিংঙি।

শুরপ্রয় :- ঐহাক লমকোইবা লাকপনী, অদুম্না লাইবক ফবদগী নঙগা খেংনরে, লোয়ননা নহাক্কী অশেংবা পরিচয় অদুতবু খঙনিংই।

লৈশাবী :- মহাশয়, ঐহাক লৈবাক অসিদা পাম্বা নিংথৌ অমগী মচানুপীনি, ঐগী মিংনা মুদ্রাবতি কৌই। হীংচাবী আসনা দেশ অসিগী মথক্তা লান্দারক্লুনা শুং-নৈবা হৌরকপদা ইপা নিংথৌনা লাল্মি কয়ামুক্তা লোয়ননা হীংচাবী অসি হাৎনবা হোৎনবদা ভমত্রদুনা, হীংচাবী আসনা ইপা নিংথৌ ইমা মহারানিনচীংবা দেশ অসিগী মীদগী হেন্দোক্লুনা শা-সণ ফাওবা তুমনা হাৎতুনা চাখ্রবনী ঐহাক খক্তদি চা-বীদতুনা মহাক্লা য়োক্লুনা ভাস ফাওবা থম্মীরিবনী। মহাক লাক্লগা ঐবু মী ওলহল্লগা থম্মী। মহাক্লা চৎলমদাইদা য়েং অমুক ওলহল্লগা পুন্দুনা থম্মীরম্মী। অদুম্না ঐহাক বানা পুন্সি লেনদুনা লৈরীবনী। মহাশয়, নহাক্লা খঙদতুনা মফম আস য়ৌরক্লিবনা থুনা ঐবু অমুক য়েং ওলহল্লগা থম্মীরম্লো অদুগা নহাক মফম অসি থাদোক্লুনা থুনা চৎখ্রো ? নত্রবদি নহাক হীংচাবীগী খয়াৎতা ভাহনা শিবা নঙনা উপায় কারমু লৈররোই।

শুরঞ্জয় :- ইবেম্মা, নহাকপূ হুন্দোক্তনা থনম্লগা ঐনা কয়মনা চৎখিগনী। মতু ওইথোক্তবনী। নহাকপু পুতুনা চৎপা নত্রগা ঐ থরায় থাবা মসিনা ঐগী লোংদ্রবা রাশাক্লি।

মুদ্রাবতী :- পুকচেল চাউরবা হে মহাশয়! ইবুংঙোগী মীচুংশি অতুগীদমক্তা মুদ্রাবতীগী উপাই লৈজদ্রবা আত্মানা হয়া হয়া থাগৎচরী। অদুবু ওইথোক্লোইদবা য়াফমদা মতম মাংহনবদি অয়েন্বদা থম্মোয় লাইমন ওইনবনী।

শুরঞ্জয় :- ইবেম্মা! চীংনবীগনু, অকিবগী মশক ওইরবা পাঙ্গল কয়দগী লৌশিং হায়বশীনা গুন হেল্লি। হীংচাবী অতু হাংনবা খোয়াং মতুগী উপায় ঐনা থিরগনী।

মুদ্রাবতী :- কায় কয়বা প্রবন্ধ, মতুগী করি উপায়নো? (ওক্লা হংঙি) তাবীয়ু। ঐগী ইপা নিংথৌগী অচৌবা লাল্লি লিশিং লিশিনা খুৎলাই পাইদুনা লাল থেংনবদা ওয়াখিদ্রবা, মথন্টগী শক্তিনা পুম্নমকপু মাংহনখ্রবদা। নথন্তুগী শক্তিনা করি তৌরুগনী। মতুনা ঐবু থেমতুনা মিকুপ থরদং হয়াওহয়বা ঙাংবনী মসি নত্তনা কয়িবু ওইরুগনী!

শুরঞ্জয় :- তাখো-নে নুংশিরবী ইবেম্মা। হায়গুমনা ঐনা নঙবু য়োং ওলহন্দুনা থম্লগে। হীংচাবী অতু লাক্লগা নহাকপু অমুক মী ওলহল্লবা মতমদা, নহাকী লৈজবী থাতুনা অরাবা উংলগা থম্মোয় শোক্লা কপ্পন্নে। মতম অতুদা হীংচাবীনা "করিগী কপ্লিবনো? শোয়দনা হংলক্কনী, মতুদা নহাক্লা অহূমনা থুম্মু— "ইমা ইবেম্মা, জগৎ জীবশিং পুম্নমক অসি কনাগুম অমত্তা অময় নত্তে, পুম্নমক শিগদবা মক্তনী। নোংম দি শোয়দনা অশিবগী থয়াত্তা তাগদবা তাক্তনী। ইমাদি

নুমিৎ খুদিংগী লাপ্পা লাপ্পা চীঙ্গাক থিবা হেক হেক চৎলি-বনী। ঐবুদি য়োং ওলহন্দুনা পুন্দুনা থম্বীরম্মী। ইমাবু ঙম্বা কনাগুম্বনা, ইমা নঙবু হাংথিবা থোক্লবদি নচা মুদ্রাবতী ঐনা ওইহৌগদবা মঙং অহুদগী ঐগী পুন্সিনা করি হায়বা অহুদা থল্লুবদা ইমা ঐগী থম্মোয়সে লৈতাক্ষম থঙদ্রে। করি অমত্তম্ব চানিং থক্লিংদ্রে। অসুম্না নঙগী অরৈবা শক্তি পুথো কতুনা নিংঙাই তৌহুনা ওইনরগা কপকদবনী মতম অহুদা হীংচাবী অহুগী পাঙ্গল শক্তিগী অরোন-অথুপ পুমনমক নঙ-ঙোন্দা শোয়দনা তাক্লকপা য়াই।

মুদ্রাবতী :- ফরে ইবুংঙো, ঐবু য়োং ওলহম্বীহুনা উখোঙ অসিদা পুন্সিনবীরো। অহুগা মক্ষমচাবা য়েংদুনা তুমিন্না লৈবীরো।

হীংচাবী :- আ, আ, হা, হা, ঐ লাক্লে। চৌংগু-উ মখোঙদা পুল্লম্বা য়োং অসি থোক্লগে। অহুগা মী ওলহন্দুনা চাক থোংহল্লগে। শাও-হে, য়োং ঈশিং অঙৌবা অসিদা ঈরু-জবীগে। অহুনিদনা নহাক লৈশাবী ওল্লেদনা। মুদ্রাবতী ইবেম্মা, সেঃ অসি চাও। ইমানা নঙগীদমক্তা পুরক্লিবনী। জঙ্গলগী হৈ-রা অহাউ অথুম কয়ানী, চাউ ইবেম্মা।

মুদ্রাবতী :- ইং ইং ইমা হুংশিবী (হিক্লা হিক্লা কপ্পী) ঈ, ঈ, ইমা (তঙক তঙক য়েংলম্মী)।

হীংচাবী :- হায়য়ু ইমাগী ইবেম্মা! নহাকপু করি তৌরবগে? নশা ঙমদ্রব্রা? ইমা লৈরীবশিদি নঙনা করিগী চিংনরীব-নো? হায়য়ু ঈমাদা তম্মু।

মুদ্রাবতী :- ইং—ইং—ইমা হুংশিবী (অহুমক কপ্পী) ঈ ঈ ইমা (কপতুনা অহুমক লৈরম্মী)

হীংচাবা :- (নখুৎনা নান্নীরদুনা য়াম্না তুংশিনা হংকই) খুন্মুনে ইমাদা। ননিং থুংদবা করি লৈরবগে ? নঙগীদমক্তা ইমাবু কার ত্তৌ হায়রবনো ? হায়য়ুনে হায়য়ুনে নঙগী অপাম্বদো ?

মুদ্রাবতী :- (কপ্পগী খোল্লেম্মা) ইমা, নচা মুদ্রাবতীনা অসুম খল্লু-খল্লুবগা থরায অসি য়ামনা মুঙাইরকত্রে। চানিং থক্লিংবা করি অমত্তা পোকত্রে ইমা ঈ, ঈ, কপ্লকই।

হীংচাব :- (তুংশিনা কোনবীরগা, মান্নদুনা নোক্লা নোক্লা) হায়রকই, —অঙাওবী ননিঙ থুংদবা করিদগী কপ্লিবা। নহাক মখৈ ঈমানা নংবু অঙাং ওইরী হায়দুনা য়াকম অমত্তসু নঙোন্দা তাক্তবনী। য়োংঙোই ইমাদি শিগদবা নত্তে, মীনা হাৎপসু ঙম্লোইকো করিগুম্বদা নঙনা চীংনবা অমত্তা লৈগনু —।

মুদ্রাবতী :- তুংশিরবী ইমা ! মহৎবু মওং করমনা ওইথোক্লদোরীবনো ইমাবু অমর ওইবা হায়বদুরা ? ময়েক শেংনা তাকপীয়ু।

হীংচাবী :- আ, (নোক্লদুনা) অমর মক্তি নত্তে, অদুবু অমরগুম্বন। য়োংওই, তাদো ইমা য়ারী অদু লিরগে। মমাংদৈদা ঐনা ব্রহ্মাবু চহি চামা নিংলম্মী। মদুদা ব্রহ্মানা পেনবীরদুনা নোং-মদি ইমাগী নাক্তা লাকপিদুনা ঐঙোন্দা হংডি— "হায়রু নঙগী অপাম্বা করিনো ?" ঐনা হায়জখি অমর ওইজগে। মদুদা ইবুধো ব্রহ্মানা—নত্তে, অমরদি য়াদে অমরগা মান্নবা "শে মসি লৌ" হায়দুনা থাংশাং অমগা সনা মচু মান্নবা ফজরবা মুক্তি অমগা পীরম্মী, অদুগা হায়রম্মী— "থাংশাং অদুনা মুক্তি অদুদা হেক য়ানবদা (কত্তপদা) ঐগী খোঙ-থুং কেনগনী। ঈ হেক থোক্লিমখৈ কেল্লবসু অমূক হেক্তা শম-জিল্লকনী (নপাশিনগনী)। মুক্তী অদুদা থোক্লিবা ঈ অদু কংনবা উৎ নত্রগা উযুল হৈজিন্দুনা ঈ অদম্ কংলবঙদা

ঐহাক শিগদবনী অসুম্না ব্রহ্মা লাইনা তাকপীরম্মী। মরম অসিনা ঐদি অমরগুম্বনী হায়রিবনি।

মুদ্রাবতী :- ইমা অতুক লুবা বারী অতুবু নহান মখে নচাদা করিগী তাকপীদ্রিবনো? হমুবী পুকফত্তবী, নহাম্না নচানা খঙলম্ব-বদি নচা ঐনা ইমাবু ঙমজবা ঈরাং পুজা তৌজগদবা নত্রা?

ইমা নঙগী বারি অসি তারগা নচাগী থম্মোয় অসি খরদি ইংঙি হায়রবু···। পোৎশক অদুমক উদ্রিবা ফাওবদি নচানা থাজবা ঙমজদে। মরমদি ইমানা ঐবু চিংনদনবা অমদি রা-দনবা হায়জিনবা ওইরম্বদি নচানা করি ওইগনী।

হীংচাবী :- (ফাক ফাক নোক্লদুনা) ওম্মোকইদকো নুপীমচা, নঙগী চক্রি অসে, তু! মসিদগী লৈপুঙ অসিদা ফুমদুনা থম্নিবনি। মী অমতা উহনবা য়াবা নত্তেনে ইবেম্মা। য়েংঙু, ইমা নঙোম্দা উংকে, (লৈপুং অদু তৌথোক্লগা থাংশাং অমনে সনা মচু মানবা ফজরবা মুর্তী অমনে লৌথোক্লনা য়েংহল্লম্মী।) খঙলেদনা ইবেম্মা, অদু ওইরবদি অহাউ-অথুমশিং অসি চারশি লাকও। মুদ্রাবতী নঙ লৈরম্মুকো ইমা চৎলুথিগে। নহাক য়োং ওম্ববা ইরুজবীগে, (ইরুজবিবা)। নঙনা য়োং ওল্লবনিনা উখোংদা পুল্লগেকো, নঙ চৎথোকমু, ইমা চৎলে।

শুরঞ্জয় :- (ঈশিংদগী কাকৎলক্তুনা) মুদ্রাবতী লাও, নঙ মী ওম্ববা ঈশিং অসিদা ইরুজবীগে। নহাক মী ওল্লবনীনা হায়য়ু করি করম তৌরশি হায়বা?

মুদ্রাবতী :—(য়ামনা ফিংনা) তু! অসিদা লৈরীবা লৈপুঙ অসিদা থাংশাং অমগা সনা মচু মানবা মুর্তী অমগা ফুম্নিবনী। মুর্তী অদুদা থাংশাং অদনা য়ানবদা হীংচাবী অদগী মখোঙ-মখুৎ অদো কেনগনী।

অতুগা মুতি অতুদা ঈ হেক থোক্লিবা মথৈ, কক্লিবা মথোঙ মখুৎ অতু অমূক হেক্তা শমজিন্নখিগনী। ঈ অতুদা উৎ নত্রগা উযুল হৈজিন্দুনা ঈ অদ্ৰ কংথ্রবদি মহাক শোইদনা শিরংগনী।

গুরপ্রয় :- যরে ইবেম্মা, ঐ লৈপুঙ অদো তৌথোক্লগে অদ্ৰগা থাংশাং অদ্ৰগা মুতী অদ্ৰগা লৌথোক্লগে … । তশেংবনী ইবেম্মা মুদ্রাবতী মসি থাংশাং অমসুং মুতি অদ্ৰনি। ইবেম্মা নহাক রাজপুত শাগৈদা পোকপী চনুরা নত্রা ? করিগী অদ্ৰক থম্মোয় শোম্বরী। লাও নঙবু ঈশ্বরনা চান্বীরসনু। ঐনা ঙম্নগা হিংচাবী মাবু হাংলগে। করিগুম্বদা ঙমদবা থোক্লগা ঐথোয় অনি পুন্না শীমিন্নবশি।

মুদ্রাবতী :— (থৌনা লৈনা) কদাই থাংশাং অমসুং সনা মচু মানবা মুতি অদো পীরকউ ' আদা লৈরীবা উৎপুঙ লৈরিবা মফম অসিদা চৎশি লাক-ও, (পুন্না পাইমিনন্দুনা থোকখিবা)।

হীংচাবী :— (অরাপ্পা মফম অমদা চৌথ্রাক খী'র ) হে, শা নহাক্কা কদাইদা চেনগদৌরিবনো ? লৈরম্মু খঙগনী। ইস, ঐগী ইশাশি চোকথত্রেদা, তু অসিসু চুংইদ', ইথোঙসি থাংবা ফাওবা বারেদা, করিনো ঐনা তৌরীবা অসিবু বারেদা। হুমঃ ঐ য়াম্না চীংনরে। শা ফাবা তোক্লগে য়ুমদা হনবনা চুম্নগনী। ঐনা লিরম্বা বারী অদ্ৰনা ওইবা তাই। ঐ থুনা য়ুমদা হল্লগে। (পাইখিবা)

---

## তরুকশুবা শরুক :–

মুদ্রাবতী :– তাবীয়্ ইবুংঙো, হৌজিক হীংচাবী অদু পাইরক্লে, পন্থবীর-গন্ত। পাইখ্রীবা থাংশাং অসিনা মুর্তী অসিবু ককথৎপীরো। থুনা ককথৎপীয়্ য়ামনা থুনা।

শূরধ্বয় :– (থাংশাং তাপ পাইদনা) হে : ঈশ্বর, পীনবীসি – । করম তৌই। থবৎ থবৎ খঙলব্রা ?

হীংচাবী :– ( অকিবা শরদা লাউরকই ) আয়ো : ঐ শিরেদনা। কৈ মুর্তি অসি ঈ থোক্তি মরম অদনা কেল্লবা মখোঙ-মখুৎ শমজিন্নরেদনা। হে: কমথীরবী লোনম চাওবী মুদ্রাবতী। কৈরম্ম খঙগনী চখোম অমত্তদা শায়গাইরগে অদগা অমক্তদা য়োংশিনগে কৈরম্ম।

শুরধ্বয় :- হে: হীংচাবী থবৎ থবৎ কমদোই। ওন্থোকপনিদা ; হে মূর্তি নঙগী ঈ অসি লেপ্পা লৈতনা বুট বুট হেক থোরকইদা। ইবেম্মা মদ্রাবতী রাবা য়াদে, উৎ অদ হোল্ল উফুল অদনা তৈশিল্ল। অঙকপা হীংচাবীনি ঐনা য়াল্লিবা থাংয়াল খুদংগী মখোঙ মখুৎ কেল্লী। অদবু হেক্তা শমজিল্লী।

মদ্রাবতী :– হীংচাবী অসি অরাবা থাঙনা থাঙনা য়োশিল্লক্লে। লেপ্তনা তৈশিল্ল উৎ-উফুল ……… । কমদোই হীংচাবী নঙগী মুর্তি থবৎ থবৎ- — — ।

হীংচাবী :– হে : মুদ্রাবতী, ঐনা নঙবু পীশক পীক্লা য়োক্লকপগী মহৈ অসিরা ? ইমাগী ইবেম্মা, নঙবু ইমাগী থরাই অসে অমক্তদি কল্লনে।

মুদ্রাবতী :- ইবুংঙো! হাংচাবী অসিনা হানখিবা তারে, হাংচাবী য়োরককদোরে। উৎ হৈজিনবা লেপকনু। লেপ্পা য়াদে উফুল অসিনা তৈশিনবীয়ু। ইবুংঙো চাংনবীগনু ঈ অসি কংশিনলক্লে।

হে ফত্রবী হাংচাবী নহাক্কী ব্রহ্মা তাবগুম্বা খোঙেল অহুনা অকাশ অসি নিঙ্খাইহনা তারকপগুম তোঁইহল্লে কররমতৌই! নহাক হৌজিক্কী অরোইবা খর হেংল্লেদো। (শিহুন তারকপা)

গুরনজয় :- নুংশিরবী মুদ্রাবতী নহাক য়ামনা বারে, নঙগী অবাবগী হুমাং অদো তৈথোকপীগে কোয়ননা শারবা নকোক অদনু অইংবা ঈশিংসিনা থীকপীগে নহাক নিংথিনা পোখাজরো। য়েংউ মদ্রাবতী, ঐংথোয়গী দযা কোক্লে। তমথিরবী হাংচাবী আস শিরে।

মদ্রাবতী :— (গুরনজয়গী মখোঙ কোল্লহনা) ইবুংঙো, নহাকপু স্বর্গদগী ঈশ্বরনা থাবীরকপা শক্তি লেরবা কনাগুম্বা? তাইবঙ জিবা অমত্তনা ওয়োইদবা থবকপু নহাক্না পাংথোকপীহুনা তোল্লবী ঐগী থরায় কম্বীরে। মসিগী মথক্তা ইপা ইমাগী অমদি প্রজা পুম্বগী লম্মনবুসু শিংবীরে। চঙজফম লৈত্রবী ঐগী থবায় হকচাং অসিনা ইবুংঙো নঙগী নথুয়াদা কচ্ছরবনী চাংনবা লৈত্তনা লোশিনবীয়ুকো ননাই ওইনা—।

গুরনজয় :- নুংশিরবী মুদ্রাবতী! ঙাইথো, হায়সু নঙোন্দা চাওয়াক্না ঐনা নিংশিংঞ্রে। রাশক অমদগী নিংথৌ অমগা ঐগা লৈবাক কোইরকপনী, ঐহাক লৈবাক অমগী মন্ত্রিনী, নহাকপু ঐনা মহারানি ওইহল্লিংবদগী নিংথৌগী মফমদা কত্তনা রানি ওইহনগে থল্লি। মসি নহাক্কী য়াইফনবনি। নহাক মহুদা য়াও — — |

মুদ্রাবতী :· (কপ্লহুনা) ইবুংঙো ! য়েংবীয়ু ঐগী ইপা ইমাতা নত্তনা দেশ অসিদা জীবা পানবা অমতা লৈত্রবনী, ঐগীনি হায়বা চংজযম বনা অমত্তা লৈত্রবীনি । তোল্লবীবু অহুমনা লৎনবীরবদি ননাইনা করম থাংজগনী । মহুগী মহুত্ত', ইবুংঙো নঙগী নখুত্তা পায়থ্রিবা থংশাং অহুনা কক্তুনা তোল্লবী ঐবু হাংপীরম্মু । নত্রগা ইথম্নতা আত্মা ঘাট তৌহুনা শিজরগে । (হিক্লা হিক্লা কপ্লম্মী )

সুরনজয় :- কপ্লগনু মুদ্রাবতী ! নঙনা নিংলিবা অহুমক ওইরশন্তু । শুরনজয় ঐগী পুন্সনা লৈরীবমথৈ ঐগী মদ্রাবতীবু থাদোক্তবা ঙমনবা পাঙ্গল লৌশিং ঈস্বরন। পীনবীসনু

মদ্রাবতী :- ইবুংঙো ! শিরীবা অসি হীংচাবীমক ওইরবসু ননাই ঐবু মতম শাংনা য়োকপীরক্লবনি অহুনা মহাক্কী লম্মন তোন্দনব স- স্কারতদি তৌবীরমশি । (লোয়শিনবীরম্বা )

শুরজয় :- মুংশিরবী মদ্রাবতী ! চোকথরবী নঙগী হকচাংবু পাজল কনখৎনবা করি তৌশিগে ? হায়য়ু নঙগীদমক ঐনা করি তৌবা য়াবগে ?

মুদ্রাবতী :- ইবুংঙো, ইপা নিংথৌগী হাংলবা কোন্নুংদা অমক্তং চংলগা চান-থক্লবা থৌরাং অমতং তৌরুশি । মফম অহুদা নুমিৎ হুমনি মরিনীদংদি পোৎথাক্লখিশি ! মতুংদা ইবুংঙোগী অপাম্বা চৎপি- নিংবা মফমদা চৎপদা ননাইনা নতুং ইঞ্জগে । ( চংমিন্নখিবা )

শুরঞ্জয় :- ( কোন্নুং মনুংদা মদ্রাবতি কপ্লকই ) মদ্রাবতী, ওক্লে, কপ্পা তোক্লো ? কপমন্দুনা নহাক ফিভম য়াম্না শোকপা ভারে । ঈশ্বরগী স্থষ্টিদা "শিবা" হায়বা পোৎশক অসি জীব খুদিংমক্তা শাগোম্ন- রক্লবনী । মতমনা লোয়রবদা মিকুপ অমতা পম্থবা য়াদ্রবা ঈশ্বরগী শিস্থানী । অহান অকো অমদি শিবগী মওং থেম্নবা অহুতনী । নঙ ঐস্ন নোংমদি অশিবা হায়বা শক্লক অহু থুংলগদৌরীবনী । করিস্থ

চিংনরুগনু। মুদ্রাবতি লাকও—। ঐখোয় অনিনা তৌগদবা থবক্তি, হিংচাবীগী ময়াগী য়োং ওন্নবা অমসুং মী ওন্নবা ঈশিং মখল অনি অসি পাত্রা অমমমদা. থরা থরা হাপ্লগা মথুম চেক্লেং খুমহনা পুরশি · ...... ।।

মদ্রাবতি :- ইবুংঙো, হৌজিক্তি থৌরাং পুমনমক লোইরবানিনা চৎপিগদবা মাইকৈদা লমজিংবিরো ননাই নুপীনা তুংইনজররুগে ... ।

শুরজয় :- তাও, ইবেম্মা মদ্রাবতি। লমুক্তা লংফৈ চৎপদা নুপি অমসুং মা লুপা লোয়নহনা (পুহনা) চৎপাদি য়েরুবগা চৎমিন্নবগুম্বনী। মরম অসিনা নহাকপু য়োং ওলহন্দুনা পুবা তারে। মসিদা নহাক্কি করি মোত লৌরিবগে? নহাক কার অমতা চিংনগনু।

মদ্রাবতি :- ননাই নুপিবু মতম চুপ্পদা থাদোকপিগনু। ননাইগী থোইদোকপা অপাম্বা লৈজদে। শিনবিরিবদু য়াজরে।

শুরনজয় :- মদ্রাবতি, নঙোন্দা য়োং ওন্নবা ঈশিং অসি থরা চাইশিল্লগে, নঙ য়োং ওল্লোকে। নহাক্কা য়োং ওল্লবনিনা লেংবান্দা তোংলো, হৌজিক্তি ঈরৈবাক্তা হন্নবা যাত্রা তৌরশি।

( থোংশানবা )

# তরেৎশুবা শরুক

শুরনজয় :— ( লম্বিগী খোঙচংনি) উমঃ ঐনা তত্তনা নিংশিংলি, নিংথৌ পদ্মনাভগা ঐহাক্কা থা মারি হেক শুবগা হল্লক্তনা উনশি হায়না। মফম অসিমক বিদাই তৌনখিবা লমোং মন্নি ফাংবা বট পান্থি মখোঙ অদো য়োরক্লে। ইসঃ রারে ঙাইহাক্তং পোংথানবা পোংয়োম অসি থম্লগে, য়োং নহাকসু উরুম অসিদা পোংথারো — —।

নিংথৌ পদ্মনাভগা ঐগা থানখিবা নুমিৎ থা মরি হায়রবতুদি শুরে। অদুবু পদ্মনাভ মহারাজনা হৌজিক ফাওবা লাক্রমদবা ক্রসি করিগীনো? হুম, ঐগী অক্কা অসিবু লাল্লব্রনে? হোং-হনা অমুক্তা য়েংগে। নুমিৎ মশিং, থা মশিং অমত্তা লান্দে ফরে, অতু ওইরবদি য়োং অসি ঈশিং চাইথবীতুনা মুদ্রাবতী অমুক ওইরসনু (মী ওন্নবা ঈশিং চাইবীবা)। অতুদি ইবেম্মা মুদ্রাবতী, লমশাং লাকপদা চোকথরে হকচাং অসে, করি করিনো নঙনা অয়াওবা থরা য়েংতুনা থোং থাক্লো। ঙসি অহিং অসিমদি মফম অসিদা লেল্লশি।

মুদ্রাবতী :— য়াম্না নুংঙাইজরে ইবুংঙো, ইরু-মাইথজবা তৌবা য়াবা তৌবীরুরো। ঙাইহাক্কী মনু দা থোংবা থাকপা লোইজরম্মগে।

শুরঞ্জয় :- চাবা থকপা লোইরবনীনা, তারো মুদ্রাবতী! চাওরাকপা নত্তনা ঐগী বারী অসি নঙোন্দা মপুংফানা তমখিদ্রি। ঙসিদি তম্মগে তারো — সূর্য্যবংশদগী পদ্মনাভ হায়বা নিংথৌ অমগা ঐখোয় অনি করিগুম্বা য়েংনবা, থঙনিংবা অমদগী লৈবাক কোইবা লাকমিন্নরগা লম্নোং মার ফাঙলিবা হৌজিক ঐখোয়না লৈরীবা খোংনাংবট মখোং অসিমক্তদা মহাক্ (পদ্মনাভগা) বিদায় তৌনরগা মহাক্না মখা পাংবা লম্বী অশোমদা চৎত্রে। ঐনা অবাং পাংবা লম্বী অসিদা লাক্লনা খুদোংথিবা কয়া থেংনরগা নহাকপু উন্নরুরীবা অসিনী। নিংথৌ অতুগা ঐখোয় অনি বিদাই তৌনবদা ঙাংনখিবা —"থা মরি হেক শুবদা হল্লকতুনা বট পাম্বি অসিগী মখোঙশিদা ঐখোয় অনি উন্নশি মতুদা মা নত্রগা ঐনা লাক্তবা অমা য়াউরবদি অহাম্বা মীতুনা লাকত্রিবা মীতুগী খোঙ্গল লিনশি অতুম্না ঐখোয়নি হায়নখি"।

ঙসি ঐখোয়না থুংলরীবা হুমিৎ অসিমক থা মরি চপ-চানা শুবা হুমিংনী। অদুবু পদ্মনাভ নিংথৌদি লাক্লমদ্রে। করম্বা খুদোংথিবা থোক্লবনো মচুহ্নু খঙদ্রে মরম অসিনা অহিং অসিমতং মহাকপু ঙাইবা ওইনা মফম অসিদা কেল্লগা লোংঙাল্লবা ফাওবদা মহাক্না লাকত্রবদি মখা পাংবা লম্বী অাসিদা চৎতুনা মহাক্নী খোংগুন লিরুবা তাই। মসিদা নহাক্না করি মত লৈবগে?

মুদ্রাবতী :— ইবুংঙো হ্নাপ ওইবী ঐখোয়গীদি ইপুরোইবনা দেবতাশি। হকচাংনা চৎথগা মি না (হকচাংগী মমিমা) করমনা লৈহৌবা য়াগনি। ইবুংঙোগী তুং ইনজবা, ইবুংঙোগী য়াথং ঙাইজবা ঐগী ইশিননি। পুন্সি তেল্লমতুনা অন্ধথাংদা শিবা থোক্লবস্থু ইবুংঙোগী নাক্তা শিজবা ফঙলবদি লেপ্পা স্বর্গ ফঙলবগুম্বনী।

শুরজয় :- নিংথৗরবী মুদ্রাবতী, নহাক্না অরাবা কোক্লবা অচাপোৎ থরা অসি চাশিল্লু। লোয়ননা অরাবা পোৎথাহুনা তুমথরো। খুদোংথিবা থোক্তলবা ঐনা খুত্তা থাংশাং অসি পাইদনা নঙবু শঙলগে।

মুদ্রাবতী :- (মিকপ থোরকপা) ইসং ঐদি হুংঙাইনা তুমলুরেদা, নোংস্থু ঙাল্লম্লেদনা। ইবুংঙোদি অস্থুমক ফমদনা লৈবীরব্রা? অহিং নোংশোইবা তুম্বিদ্রিবরা?

শুরজয় :- কদাইদগী তুমগদদে ইবেম্মা, জঙ্গল অসিদা ঐখোয় অনিমক তুমখোকপা য়াবরা? নঙবু ঙাক-শেনবা ঐগী ইথৌদাংনী।

মুদ্রাবতী :— ইবুংঙো অদুদি করম তৌগনী? অস্থুক শাংলবা অহিং অসিমা তুম্বীদ্রবা? ননাই ঐদি রামনগ্রদনা কয়াম

কুইনা জ্ঞান তাদনা তুমল্লুরবা ।

শূরজয় :– রাগনু মুদ্রাবতী ! ঈশ্বরগী থৌশিল অসি ঙক্ত্যা ? নহাক লৈমা কোন্দা পোকপীনি অদুবু কয়াদা ঙকখ্রবা ঈশ্বরগী থৌশিল্লো য়েংউ । মোন্দুম মোন্তেক মথক্তা থুংঙাইনা য়াতারগী নহাক্লা হৌজিক উনা-শীংনা মথক্তা নিংঙাইদনা তুম্বা ঙম্লিবা ?

মুদ্রাবতী :– লাইবক ফরবনী ইবুংঙো । হুপি ওইবী ঐগীদি ইপূরোইবগী নাক্তা লৈজগদুনা নহাক্কী সেবা ফংজগদুনা লৈজবদুনা মফম খুদিংমক স্বর্গনি ।

শুরনজয় :– চুম্মীনে মুদ্রাবতী ! ধর্ম্ম শাস্ত্র অমসুং গৃহ শাস্ত্র কয়াদা হায়রী, ফুড়া দলান মসুংদা সম্পটি কয়াগী মপু ওইদুনা হেরবসু য়ুম পুবী মবেম্মা য়াওদনা পামা য়ুম্বান্দি লম্মাং জঙ্গলগা পাংথক্কি । য়ুমপুবী মবেম্মা অদু য়াওরবদি লমহাং জঙ্গল ওইরবসু মফম অদো গৃহস্থা কৌই অমসুং মফম অদু স্বর্গনি ।

মুদ্রাবতী :- ইবুংঙো মতম চুপ্পদা ননাইনা তুংইল্লরবনী । ইবুংঙোনা ফগদবা মওংদা ননাইবু পুবীয় । ইবুংঙোগী মরুপ নিংথৌ অদুগী খোংগুল লিকরশি ...... ... .. । (চৎমিন্নখিবা)

---

## নিপালগী শরুক :–

( পদ্মনাভগী খোঙচৎ )

পদ্মনাভ :– ঐনা চৎলিবা লম্বী অসি ফনা শাংলমাল্লে, চীং, জঙ্গলনচৌংবা কয়া লান্দুনা লাকপনা পঞ্চাল দেশ হেল্দোকতুনা, রেবতি তুরেল য়ৌরেদনা; ফরে, মফম অসিদা ঈরু-মাইথঙ্গরগা চাক্লেন অম নিংথিনা চারগে । নিংথৌ ঐগীবু করিদা অবাৎপা লৈগদগে ।

এ: হৌজিক্তি নিংথিরবী সজু´ অমদি সিন্ধু তুরেলস্থু য়ৌরক্লে। কয়াদা ফজপ্রবা তুরেম্লো অসুক কজরবা মহৌশা লাইরেম্বীগী মচাশিং অসি নিংথৌ ঐতনা উবনী। নিংথৌ ঐগী শক্তিনী। কনানবু ঙমগদগে লম কোয়বগী নুংঙাইরবা মহাউ অসিবু ফংজবা — ।

ই: ম'সিদি ঙম্খাক্লা শুক্রবা জঙ্গলনিনা! লম্বী অসিস্থু মাংখিবগুম্না তৌইদা। মুমিৎ ঙাখিবগুম্না, মমগুম লাক্‌মস্থু তৌইদা। কঙ্গম থোক্লগবা … — ঐগী সনা-লুপা য়াওরবা পোৎলুম অসিনা কঙ্গম তৌশিবা চৌংনখ্রেদা, জঙ্গল অসি করমনা লাস্থোকশিবা — — —।

ডাকুশিং :— ( অহোবা খোঙ্গেলদা ) হায় হায়, লম্বী চৎলিবা নিপা! নহাক ঙাইখো? য়াম্না থুনা মফম অসিদা চংলক-খো?

পদ্মনাভ :— করিগীনো? মহাশয়-খোয়। ঐহাক সুর্য্য বংশগী অমতা ঙাইরবা নিংথৌ পদ্মনাভ হায়বা অহুনী। লম কোয়-বা লাকপনী। নখোয়না করি হায়নীংই?

ডাকুশিং :— ( বা বা নোক্লদুনা ) করি শক্তা নঙনস্থু নিংথৌনী হায়বা শারী। নিংথৌনি হায়রগা ঐখোয়না কিদুনা থাদোক-দবোই নিংলিমাল্লে! হায় বুদ্ধ! নিংথৌ অহুনি ঐখোয়না ঙাইরিবা! নথরায় শিনিংদ্রবদি, কদায় নঙগী অয়াওবা পোৎ-চৈশিং অদু পীরম্মু। (অয়াওবা পোৎশিং মুব্বা)

চৎলো হৌজিক্তি নঙগী অয়াওবা সনা-লুপাশিং লৌরব-নিনা মফম অসি থাদোকতুনা কদাইদনো অফাউবা শাজরু-রো। ( ঙকশম পাইদুনা ইল্লকই )

পদ্মনাভ :- ওন্থোকপনিদা ! ঙসি ঐ শিরমগনীদা চুমইদা, গুরুচংনা হায়খিবা "বিদ্যাতনা অথোইবা লন্নি" হায়খিবদো। করমতৌ-গনী, ঐ হৌজিক সনা লুপা অমত্তা য়াওদরে। লাম্বনস্থ হবচাং অসি চংপা ফাওবা ঙমশিল্লক্তরে। ফরে, শিদন্নবা অফংবা উটে রাইহে চাত্নুনা অস্থম চংলগে এঃ ঐনা থুংলগীধো মফম অসিদি সত্যপুরী হায়বা দেশ অহুনিদনা। মফম অসিগী নিংথৌগী মফমদা চঙজত্নুনা থবাই হিংনবা হায়জরুরগে।

থোংশংবা :- মুপা, নহাক কনানো ? মফম কদায়দগী লাকপনো ? করিগীদমক্তা মফমসিদা লাকপনো ?

পদ্মনাভ :— হুযারি,— ঐহাক লৈবাক অসিগী নিংথৌ অহু অমুক্তা উনজগে হায়হুনা লাকপনী। ঐবু অমুক্তা থাজনবীয়ু…

থোংশংবা :— নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না নহাক চঙবা য়াগনী। থৌ-বতবু নহাক্কা অশেংবা হায়গদবনী নহাক চংজরো।

নিংথৌ :— করি করম্বা দেশতগী করি থবক্কী লাকপনো ?

পদ্মনাভ :-ঐহাক সূর্য্যবংশগী নিংথৌ পদ্মনাভ হায়বহুনী। মহারাজ, ঐগী মন্ত্রি অমগা রাফম অমগী ন্যায় তাম্নবদগী লম কোয়বা লাকপ-নী। অহুবু ঐগী য়াওজরকপা সনা লুপা লোয়না ডাকুশংনা লুট তৌহুনা মুনবীহৌরে। চানবীহুনা মতেং থরদং পীনবীয়ু।

নিংথৌ :— মন্ত্রি অহুগা করি করম্বা ন্যায়নো য়েংনরীব; অহুগা মহা-রাজদি করি করি শাস্ত্রগী লাইরিক তম্বীগ্রবগে ?

পদ্মনাভ :- "জগৎতা কন্নিনা অথোইবনো" হায়বা ঐগী রাংগী পাউথুমদা ঐগী মন্ত্রিনা "বিদ্যানা অথোইবনী" হায়বনি মহাক্কী অচেৎপা থাজবা অহুদগী নিংথৌনা অথোইবনী হায়বা ঐগী রাফম অনিশিগী মতাংদা চাং য়েংননবা মহুগী অশেংবা খঙন্নবগীদমক্তা

লম কোয়বা লাকপনী। পদ্মনাভ ঐহাক্তী নিংথৌ অমগী তম-দবা য়াদ্রবা নিতি শাস্ত্র। নত্তনা থোইদোকপা লাইরিক লাইস্তু অতৈদি তমজহৌদ্রে।

সত্যপুরীগী নিংথৌ :-তাইবঙ পানবদা বিদ্যা মহৈগা করিগুম্বা পোংশক অমতগা চাংদম্নবা য়ারোই। বিদ্যানা অথোইবনী। হাকমসি থক কাওবা য়াদে। লাইরিকস্তু নিংথিনা, মতিক চানা তমহৌ-দ্রবা নহাক্না করম্বা মশিংগা ন্যায় চক্তি তৌনকরিবনো ?

পদ্মনাভ :- ওস্তোকপনিদা, ঐবু করি খুমশিবা ; ( মুরুম মুরুম শোম্বা)

নিংথৌ :— কনা নৈ। মুপা অসি পদ্মনাভ নিংথৌ ওইরম্বা হৌবদে। মশাগী ওইজ-ওইথক পাম্বা নত্রগা রাজবিদ্রোহি অমা ওইরম্বা য়াই। য়াম্না থুম্না মযম অসিদগী পুথোকথো ···।

মনাইশিং :- হে, পদ্মনাভ হায়বা; নহাক মকুম অসিদগী লাপ্না চৎখ্রো চৎলু। পম্মুরবদি নহাক দন্দি ফঙগনী।

পদ্মনাভ :— হা ঈশ্বর ঐবু রায়েদা, উহৈ-রাহৈ থরা চাহুনা অকংবা ঈশিং থরা থকতুনা কয়াম শাংনা চৎখিগদবা। ওস্তোকপনিদা, ইন্দক অমুকস্তু জঙ্গল অমা লাম্না চৎপা তারবা। শোয়দে হন্দক্তি থবায় মাংলগনী। এঃ এঃ করিনো তৌরিবসে ! মুপা মচা অনি অসি শিনবা তারেনে। ওস্তোক্না কম্না নমনহুনা ফুনরেনেংসে ···।

হায় হায় ভাইখো, মুপা মচা অনি। করিগীনো অদুক কম্না ফুনরীবা ? শিনবা তারে ভাইখোনে নখোয়বু, হে অঙাং····।

অঙাং ২ :— (ফুনবা তোকতুনা) মহাশয়, নহাক লাকপা য়াম্না ফয়ে। ফুনরীবা অসিগী অচুম অয়ান বীচার তৌবীরম্মু।

পদ্মনাভ :— হায়য়ু নখোয় অনি করি মরমগী ফুনরীবনো ? করম্বা বীচারনো য়েংশি, হায়য়ু ভাশি রাকম অদো — —।

মুপামচা ২ :— মহাশয়, বন অসিদা যোগী ওইরবা ঋষি অমা লৈরম্মী। ঋষি অদু শিগ্রে। মহাক্কী খুজাই য়াইওইবা অমা লৈরম্মী। ঐখোয় অনি ঋাযি অদুগী সেবক শিধ্যনি। খুজাই অসি মুয়বদা ঐখোয় অনি বাবনা শিগদৌরে। কনা-না ফংফম ধোকপগে অচুম্বা বীচার অমুক্তা তৌবীরম্মু।

পদ্মনাভ :—ফরেসে, অঙাং অনি। ঐহাক বা হায়গে মুম্না তারো, নখোয অনি ফুনবা অদুনা করিমু কায়দে, মতুনা ওইবা য়া-রোই। শোক্কা পন্নরগা নখোয়গী অমাংবনী। নখোয়গী য়াইফনবা ঐনা অচুম্বা বীচার তৌগনী।

মুপামচা ২ ; — কৈ চুমনা ফজনা বীচার তৌবীয়ু। ঐখোয় অনি ফুনবা তোকচরগে। সে: খুজাই য়াইওইবা অসি লৌবীয়ু: (শিন্নবা)।

পদ্মনাভ :—সে, য়েংউ, মসি চেক মতেক্কি। উৱেদনা, ঐনা মসি নখোয়গী মাংদা উরিবা লোকচপকী অশোংবা উরক অসিদা হুনজিনগে। নখোয় অনিগী মরক্তগী হান্না খুলগা ঐভোন্দা পীরবা ভম্বা অদুনা খুজাই অসিগী মপু ওইগদবনী। নখোয় য়ুংরে-কো তু, ছল্লবনী।

মুপামচা ২ :— য়াজরে, আই চেক মতেক অদু অসোমদনী অসোম-দনী (থিমিন্নবা)। লৈত্তেনে হায় কদোমদা লৈরে। (কন্না থীনরী)।

পদ্মনাভ :- অঙাং অনি অসিনা কন্না থিবা হোৎনরীভৈদা খুজাই য়াইওইবা অসি পুরগা চেহ্লৌরগে। ( চেন্নকপা )

ফরে, ঐনা চেন্নকপা লন্থী অসি ফনা শাংনা চেল্লক্লে। মখোয়না ঐবু থিরকপা ফংলয়োই। ভাইহাক পোখাবা ওইনা খুজাই অসিগী মগুন য়েংলগে— —।

"হে খুজাই য়াইওইবা সনা মুদ্রা তরাদা পিবিয়ু"। আই অচুম্বনী খুজাই অ'সগী মসুংদা সনা মপাক মুদ্রা তরা য়াও-রেদনা! ঐ য়ামনা নুংঙাইরে, ঐগী অরাবা পুন্সি লৈরয়োই অরাবা পুমনমক কোক্লগনি। মসিনিদনা নিংথৌ হায়ব-দো।

উম, শুবনজয় মাগুম্বনবু পদ্মনাভ নিংথৌ ঐগা চাংদমনবা মতিক্লা? লমদাং অ'সিদা অসুম লাকপদা পুক্নিং ওয়োক্লা লাংতক্লখ্রেদা; করিনো তৌরীশিবো। ও: লমদম অসিদি "নকুটি" হায়বা দেশ অদু য়োরেদনা! লম্বীকী চিদাইদা চৌরিবা হৈনৌ পাম্বীগী মরুমদা উরুম তাংদুনা বারি শান-রীবা অঙাংশিং অসিগী মনাক্তা চঙলগে। মথোয়গা লোয়-ননা ফম্মীন্নদুনা লৈবাকী ওইবা ঈ-পাউ লৌবা শুমত্রা য়েং-লগে। অঙাংশা ঐশু খরা ফমগেকো।

অঙাংশিং:- ফগনি মহাশয়, ফম্বীশি—। (ফম্মীন্নবা)

পদ্মনাভ:- ইচিল ইনাওশা! দেশ অসিবু করি মমিং কৌবগে? করীমা লৈবাক অসিগী নিংথৌ ওইরিবগে?

অঙাংশিং:- মহাশয়, দেশ অসিগী মী নত্তবরা? কদাইদগী লাক-পনো?

পদ্মনাভ:- ঔ-হোয়, ঐহাক দেশ অসিগী মী নচ্চদে লম কোয়বা লাকচবনি। অরাপ্পা মফমদগীনি।

নুপামচাশিং:- মহাশয়, দেশ অসি নকুটি কৌই। লৈবাক অসিগী নিংথৌগী মমিংনা ধর্ম্মিক কৌই। মহাকী মচানুপী অমথক পোকই। মচানুপী অদুগী মমিংনা ভূচণ্ডি কৌই। মশক মতৌ ফজবনা পৃথিবীদা অতাংবনী। অদুবু মহাকী অঙকপা

থৌদোক অমা লৈ। মতুদি "থা অমা চুপ্পা মানা পাম্বা পোৎ দান নিবদা পিবা ঙম্বা মুপা অতুদা মপুরোইবা ওইগনী। দান অদু থা মানা পীবা ঙমদ্রবদি মুপা অদু মরু কোকথোক্তুনা ইরুজনবা ঈশিং হোলহনগনী" অমুম্না বাশকতুনা লৈ।

য়ামনা ঙক্রিবদি পাউ অসিবু দেশ কয়াদগী রাজপুটশিংনা তারতুনা দান অদু পিগনী হায়তুনা লাক্লে অতুবূ থা অমা চুপ্পা দান পীবা ঙম্মদতুনা মরু কোক্লগা ঈশিং হোন্দুনা লৈরীবা হৌজিক রাজপুট ১০০ য়োম শুরে।

পদ্মনাভ :- উম! রাফম অসি অফবনী। ভুচগি কৌবী মুপিমচাদু ঐগীদমক্তা ঈশ্বরনা শেম্লবনী। মুংঙাইরে, অঙাংশা নথোয় লৈহৌখো, ঐ অসুম চৎলগে। কোমুং য়ৌরুরগে ··· ....।

নিংথৌ খোংশংবা :—করি হায়নীংই, মহাশয়। য়াম্না খোরাংনা, অতুক লাক্তরা য়েংলিবদো .... ·· করিনো?

পদ্মনাভ :— লৈবাক অসিগী নিংথৌ ধর্মীকপু উম্নবা পাম্মী। ঐবু চঙহল্লু খোঙঙাকপা।

খোংঙাকপা :— নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না নহাক চঙবা য়াগনী। অশেংবহুতং ইনিংথৌদা তম্বীয়ু।

ধর্মীক নিংথৌ :— লেংশিন্বীশি মহাশয়, থারিবা আসন অসিদা ফম্বীয়ু। করি দেশতগী করম্বা থবক্তী লাকপনো?

পদ্মনাভ :— মহারাজ, ঐহাক সূর্য্যবংশগী পদ্মনাভ হায়বা নিংথৌ অদুনি। মজাইবেম্মা ভুচগিগী দান সত্যগী বাশক থম্নগা দান নিবগী পাউ তাজতুনা লাকচবনী। মহাক্কী দান সত্য অদু ঐনা শোয়দনা পাংথোকচবা ঙমনবা য়াথং পীনবীয়ু।

ধর্মিক :- (ব্যবহারগী লোয়ননা) তারিবরা হায়, নখোয় কনা কনা কনা লৈবগে ? নিংথৌশিংনা লৈননবা কা অমতং থোগাং তো ? চান-থকুবা মতিক চানা শেম শাউ ?

মনাই ১ :- থৌরাং পুমনমক লোইজরে ইনিংথৌ লেংবীরশি মহারাজ পদ্মনাভ, মফম অতুদা ননাই কমাজংজগে, লেং-শিনবীরকউ । (চৎমীন্নবা)

পদ্মনাভ :- য়ামনা নুংঙাইজরে, চৎলু মজাইবেম্মা ভুচান্দা পাউ-দমলু চৎলু । হৌজিক পদ্মনাভ নিংথৌ ঐহাক লাকপগী পাউ থগহনখো । মহাক্না অপাম্বা দান লৌররো হায়না তাকপিখো ।

পিঙ্গলা ;- (ভুচাণ্ডগী মনাই মুপিনী) মহারাজ, ননাইনা খুরুমজরী, ইতা ইবেম্মা ভুচন্ডিনা সনা মুদ্রা তরং নিজরকই ।

পদ্মনাভ :— (সনা মুদ্রা তরা খুজাইদগী লৌথোকজো) লেঃ ইবেম্মা পিঙ্গলা সনা অসি লৌরো ঐনা দান পীরবনী ।

পিঙ্গলা : - মজাইবেম্মা সনা মুদ্রা ১০ দং অসি লৌবীরো ।

ভুচন্দি :— পিঙ্গলা ইবেম্মা ! মথংগী মুমিত্তদি সনা মুদ্রা চামা নিরু

পিঙ্গলা :- (মহারাজগী মফমদা) সনা মুদ্রা ১০০ পীবিনবা হায়জরী ।

পদ্মানাভ :- পিঙ্গলা ! সে নঙনা অপাম্বা সনা মুদ্রা ১০০ দান পীরবনী ।

পিঙ্গলা : — মজা ইবেম্মানা অপাম্বা সনা খুদিংমক কঙলগনী হৌ-জিক্তি মহারাজ অসিদগী মথং মথং দান অসি লৌবিয়ু ।

ভুচন্দি :— (য়াম্না ভুক্রা ) পিঙ্গলা নঙনা মুমিৎ খুদিংগী মথং মথং হেঙ্গৎ হেঙ্গৎনা ১০০ দগী ২০০, ৩০০, ৪০০, অসিনচীংবা হেম্না হেম্না দান নিরম্মী । মতুদা পদ্মনাভ নিংথৌনা চিংনবা লৈতনা দান পিরম্মী । মহাকী সনা অসি কদায়দগীনো ?

ইস! অতোপ্পা কনাগু লোয়নরক্তবা মথন্তা লৈবাক কোয়বা লাকপা মহাক্কা অসুক য়াম্বা সনা অসিবু করমনা পুরকপা ওম্নি-বনো-নে! নক্তে, করিগুম্বা শক্তি অমা শোয়দনা লৈরম্বা তাই। ফরে অদু ওইরবদি ঐগী ইনাই মুপি অনি মফম অসিদা লাও—।

মনাইমুপি ২ :- মজাইবেম্মা! ননাই ঐখোয় অনি লাকচরে। কার তৌজো হায়বনো তাকপীয়ু!

ভুচন্দি :— য়েংওই, নখোয় অনি চৎলগা অমনা পদ্মনাভগী মফমদগী সনা দান পিয়ু হায়না চংঙু। অতোপ্পা অমনা মনিংলোমদা ফক্লাং অহোবদা য়েংলগা সনা কদাইদগী লৌথোকপগে মুম্না য়েংউ তশেংনা খঙলকউ।

মনাইমুপী ২ :— ঐনা মনিংলোমদা চৎলগে ফক্লাংগী অহোবা থিদুনা সনা থমফম য়েংলগে। অদুগা ঐনা পদ্মনাভগী মফমদগী দান নিরগে। (মনাই অনি চৎথিবা) মহারাজ ইবুংঙো! মনাই বেমমানা সনা মুদ্রা ১০০ দংগা নিজরকই।

পদ্মনাভ :— সনা মুদ্রা ১০০ দো, সে লৌরো (খুজাইদগী সনা লৌ-থোক্লগা পিরকই)।

মনাইমুপী ২ :-(পাওদমই) ভুচণ্ডি ইবেমা, নিংথৌ অদুনা সনাশিং অদো খুজাই অমদগী লৌথোরকই। ঐখোয়দা ইরাই লাইনা শিন্নরকই।

ভুচণ্ডি :— উম: খুজাই অদো অঙকপা শক্তি লৈবা পোৎশক ওইরম্বা তাই। নখোয় অনিনা খুজাই অদু যেশা উপাই অমা তৌদুনা ঐগী ইখুত্তা শিন্নবা ঙমগদ্রা?

মনাইমুপি ২ :— ইবেম্মাগী থৌজাল ফঙলবদি থবক অদু ঙরুবা নক্তে।

ভুচন্দি :— ফরে, নখোয় অনিনা থবক অদু পাংথোক্লবা তৌরুরো ঙশেংনমু পাংথোক্তবা য়াত্রবনী। মী খঙহনবা য়াবা নক্তে। মদু পাংথোক্লবদি নবানিদা কমথোন পীগনী। সনাগী ঝিঙুর

পরেং পরেং — —— খংলেননা, শোয়বদি য়াদেকো… ।

পিঙ্গলা ঃ– মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা মতমসিদা ঐখোয় অনিনা চৎলিবা অসিদা ছুরি অমমম পায়রশি । এ! পদ্মনাভ নাখোক্তনা কয়া তুমখ্রে । ঐগী ছুরি অনিনা খোঙগী পোরোল মপাদা হুৎলগা পোরোল অসি শৎলগে । য়েংউ খোঙ হাংদোক্লে । খুজাইগী লৈফম খঙলবা নঙনা খুজাই য়াইওইবা অদু পুরক্লো । ও ! খুজাই অদু ঐনা খেংনরে । হৌজিক্তি ঐখোয় অনি তুমিন্না খোকথ্রশি লাক-ও… ।

খোঙশংবা ঃ– হায়, নখোয় কনা কনানো ? খেংলবা অহিংশিদা কোইচৎ চৎতুনা মফম অসিদা লাক্লিবা করিগীনো ?

পিঙ্গলা ঃ— ( য়ামনা খোশাদনা) নখো কৈত্রা ? ঐখোয়নিনে, (মাইথুম ফি হাংদোকই ) ।

খোঙশংবা ঃ- পিঙ্গলা নঙ ওইরেকো ! তৌবা ঙম্লেদকো ! ইবেম্মা ইস ঃ হৌজিক কালগী মুপীশিং অসে মরিল কৈদকো । অহিং অখেংবদসু অভিসার চৎলিদনা। ও ঃ মুপিসু মুপানা খঙদবা থবক কয়া তৌইদনা … ।

---

# মাপলশুবা শরূক ঃ-

{ নোংডাম্লকপা }

পদ্মনাভ :— ইহে ! ঐদি ঙরাং থোঙ লোনবা কাউরবোইরে। করে হৌজিক চিন-য়া শেংদোক্তনা ঈরু মাইথক্তরুখিগে।
প্রাটক্রিয়া স্নান (ঈরু মায়থক্তবা) লোইরবনিনা ঐহাক্না তৌরীবা মতৌশি করিনো অমুক্তং নিংশিংগে (ফমথে),। ঙঃ ঙসিগা হয়েং-গতা মঙাইরে ভুচন্দিগী দান লোয়গদবা, হাংচিত্তি লুহোংগদবা হুমিৎনী। কয়াদা হুংঙাইরবা মতমনো, নিংথৌ ঐগী পুন্সি অসি। মতাং অসিদা শুরগ্নর অহুতং য়াওক্লরবদি মহাক নিংথৌগী মুংঙাই-বদো থঙজগদবনী ···· ··· অসিনচীংবা।

পিঙ্গলা :— ঙসিদি মহারাজ ! ইতা ইবেম্মা ভুচন্দনা দানগী মতমস্থ লোয়গদৌরে মরম অহুনা সনা মুদ্রা হুপ্পতগী অনিথক্তং নিজরক্লি, পিনবীশি— —।

পদ্মনাভ :— নোক্লহুনা, হুমিৎ লৌরমদাই অসিদা থরা য়াম্না হায়হৌ-গেদি নিংগ্রহুনা; লৈরম্মু ঐহাক সনা লৌথোকলুগে, ( হমুংদা চঙথিবা) হাই : কদাইদনো ঐগী খুজাই য়াই-ওইবা অহুবু লৈফম শোইরবা জাংলা! লৈত্রেনে, করিনোনে তৌরীবা মতৌ অসিবু হস : লোইরেদনা ঐদি মাংলেদনা থরায় অসে ঙসিদি ! —(কপ্লি কাপ্র তৌরগা) পিংঙ্গ-লা স-না লৈত্রে।

পিঙ্গলা :— ( বা মচেৎ অমত্তা হায়রমদনা চৎথ্রে — — — )।

পিঙ্গলা :- মজাইবেম্মা, ভুচন্দি তাবীশি। হৌজিক পদ্মনাভ নিংথৌ অসে সনা দান তৌবা ঙমদ্রে।

ভুচন্দি :— কনা কনা লৈবগে ? পদ্মনাভ নিংথৌ কৌরুচো।

পদ্মনাভ :- হে রাজ কুমারী ; নুমিৎ নিনিথক্তা ভাইরগা মতমসিদা ঐনা মওগী দান পিবা ঙংদবা অসিগীদমক্তা দোষ শাপ তৌবীয়ু। ঐবু ভাকপীয়ু ইবেম্মা।

ভুচন্দি :- মোখোন নোক্তনা, মহারাজ, ভুচন্দি ঐবু রারেীবীরোই খঙ্গী। নুংঙাইতবা পুম্বা থাদোকপীয়ু। এগী রাশক কাইহনবীগনু। ঐগীদি থা অমা চুপ্পা দান পীবা ঙম্বা নুপাদা লুহোংজগে হায়না রাশকচবনী। থা অমা ফানা দান পিবা ঙংদ্রবদি মহাক অদু মরু কোক্লগা ঐগী ঈরুজনবা ইশিং হোলহনবা অসিনী। য়েংবীয়ু মহারাজ, নিংথৌ মচা ১০০ শুরবনি। মখোয় অসি ঐনা দান নিবদা নুমিৎ ১০ নি, মঙানি, নিপানি রাংপা ভাক্তনী। অদুবু মহারাজদি নুমিৎ নিনিথক্তনী। মরম অদুনা ময়াম আসগী জমাদ্দার ওইবীদুনা ঈশিং হোনবা য়াওবীরো। চাংনবীগদু ঈশ্বরগী নোংদমনী থম্বীয়ু মহারাজ... ।

ভুচন্দি :— কনা লৈবগে ? নুপা অসি নাপিটপু মশম কোকথোকহল্লু। অদুগা নিংথৌ মচা ১০০ অদুগী জমাদ্দার ওইনা ঈশিং হোনবা য়াওহল্লু—।

পদ্মনাভ :— ( কপ্লিং কপ্লিং তৌনা উপায় লৈতনা থোকখি )।

## তরাশুবা শরুক: –

{ খোঙ্গুল লীবা }

শুরনজয় ; — ঐহাক হৌজিক যোগীগী যিজেৎ শেৎচিল্লে; মুদ্রাবতীবু য়োং ওনহল্লগা ঐগী পোৎয়োম নম্বো অসি পুরগা মথা পাংবা অসোমদা পদ্মনাভগী খোঙগুল লিবা চৎলবনী — । (চৎখি)

ঐনা লাক্লিবা মফম অসি পঞ্চাল দেশ যৌরক্লে। বেত্রবতী, সর্জুনচীংবা তির্থ কয়া তুংওইনরম্লে। হৌজিক্লা শৃঙ্গাট হায়বা দেশ অসিদা থুংলরে। লম্বীদি লমশাং অসুমক চৎলক্লি অদুবু মযঃ কদায়দনো পদ্মনাভ নিংথৌবু থেংনরুগদবা, করম্না থিগদবানা? হা ইশ্বর ঐবু উপায় অমত্তং ফঙহন্বীয়্ নমাইগী রারবা তাম্বা অসিদা।

এ-এ: লম্বী ময়া অসিদা উকুম লাংতুনা নুপা খরা ফম্লি। মখোয়গী মনাক্তা চঙতুনা ঐহাকসু ভাইহাক পোৎথমিন্নখিবা চুমগনী। মখোয়গী মনাক য়ৌনবা হেক্তা চঙলগে।

নুপাখরা :- তরাম্না ওক্লতুনা, মহাশয়! যোগী বাবা, নহাকপু করি লমদগী লাকপনে।, মফম কদাইদা চৎপীরিবনো? ভ ইংবা অসিদা ভাইহাক পোৎথাবীয়্

শুরজয় :— ইবুংঙোখোয়, ঐগী ইমুম লৈতে। থুংলুবা মফমতুনা ঐগী য়ুমনী, ঐদি যোগীনি! মযম খুদিং কোয়না চৎপা অসিনা ঐগী সহজ চরিত্রনী। দেশ অসিগী করি করি ঈপাউ তারি? অরা-অনা থোইনা লৈতেদনা?

নুপাশিং :— উম, বাবা! নুমিৎ খরগী মমাংদা, দেশ অসিগী উমং অমদা নিংথৌ অমথক মথন্তা লাকপদা ডাকুশিংনা লুট তৌরগা অয়াওবমথৈ মুনবীখিহনা দেশ অসিগী নিংথৌদা চংজরুবদসু থৌশাবীরক্তুনা চাক্লিবা শাতুনা অসুম চৎখিবদা …… ···। ( মরক থৎতুনা ··· — )

নুপা অমনা :- ঐখোয়না চৎকদৌবা থবক্তি চত্তনা মতম মাংহন্দুনা করিনো তৌরীবসে — — —।

শূরনজয় :- মহাশয়, অহানবগী ৱারী অদু মখা করম তৌগনবগে ? মখা চখনা লোয়না অমুক্তা লিখবীখো ।

চপাশিং :- মখা অদুদি অসিনী বাবা, ময়ামনা অসুম ভাংনব্বু — নিংথৌ অদুনা অসুম জঙ্গলদা লাকপদা, মুনিগী শিষ্য অহি- দগী খুজ্জাই য়াই-ওইবা অমা মহাক্তা ( নিংথৌদুনা ) লাক্লুনা পুৱগা চেনখ্রে চায়নৈ । মখা তাবা ৱাহিদি তাখিদ্রে ।

শূরজয় :- পোৎখ্রাবীম্বা ময়াম পুম্নমক য়ামনা নুংঙাইরে, ঐহাক অমুক য়ৌরগে ।

---

## তরামাথোইশুবা শরুক ঃ-

{ লম্বীগী ৱারী }

শূরঞ্জয় :- ঐহাক্তা তারিবা পাউশিং অসি শোযদনা পদ্মনাভগী ৱারি ওইগনী । অসুম লাকপনা নকুটি হায়বা দেশ অদু য়ৌ- ৱক্লেদনা, নুংশাগী মৈশানে, লমশাং লাকপগী ৱাবনা উজাও অসিগী মরুমদা ভাইহাক্রুং পোৎখাখিগে পোৎয়োম অসিশু থম্নগে, য়োং অসিদি ইনাক্তা লৈজরশঙ্কু পুম্না পোৎ- থামিম্নরগে । ঐগী মতম কুইনা ককলকত্রবা শাংলবা শম কোইশিং অমদি মোৎচুনৱবা যোগীগী ফিজেৎ অসিনা ঐগী থবকশিং অসিদা হেন্না মপুঙ ফাহন্দুনা মায়পাক্লগনী । হে ঈশ্বর ননাই তোল্লবনা হন্না হন্না থুরুমজরী ।

লখী চংপা নুপা : – (যোগী বাবাগী শক্তম উবদা) বাবা খুরুমজরী, করিনা সেবা তৌজগমী ঙাকপীয়ু।

শুরনঞ্জয় :— আয়ুসমান, নঙনা নিংবা থুংজরো ···! হবুংঙো মহাশয়, দেশ অসিবু করি মমিং কৌবগে ? অদোমনা করম করম পাল্লি-বগে ? লৈবাক অসিগী করি করি ঈ-পাউ তাবগে, খঙনিংই।

লখী চংপা নুপ :— হে, মহর্ষি ! দেশ অসিগী মমিং নকুটি দেশ হায়-বত্রুনী। ঈ-পাউ হায়রবু ··· ·· লৈবাক অসিগী নিংথৌগী মচা নুপী ভূচণ্ডি কৌবী অমনা থা অমা দান নিবদা, চিংনবা লেঙনা পীবা ঙম্বা নুপা অত্রুদা লুহোংগনী, ঙমদ্রগনা নুপাত্রু মরু কোক্লনা ঈশিং হোন্নহলগনী হায়রুনা বাশকই। নিংথৌ মচা ১০০ রোম শুরে, দান পিবা ঙমদত্রুনা মীনাই ওইরীবা। ইন্দ্রকুন্ড পদ্মনাভ কৌবা নিংথৌ অমা লাকত্রুনা দান অদু পীরে। মহাক্তী দান অসি পিবা ঙম্বা তারে হায়না ময়ামনা থরে। অদুবু থা অমা শুগদবা মুমিৎ নিনিগী মতমদা ঙাইরবা কান্দা দান পিবা ঙম-দ্রত্রুনা মহাকপুস্ন মরু কোক্লগা ঈশিং হোনবা য়াওরে।

শুরঞ্জয় :— য়ান্না নুংঙাইরে ইবুংঙো, মতম চুপ্পদা অকবা য়াইফবা ওইয়ু। ঐন্ন মথা অমুক চংপ্রগে ··· ·· ।

শুরঞ্জয় :- (মপুক্রিংদা থল্লি) পদ্মনাভ নিংথৌ মফম অসিদা শোয়দনা লৈ-রে। ঐ কোন্নুং তমনা চঙলগে। মফম অসি কোন্নুংগী সিংহদ্বার য়েনারক্লেদনা।

থোশংবা :— নমস্তে, বাবাজি। খুরুমজবগা লোইননা ভক্তি কচ্চরী।

শুরঞ্জয় :— আয়ুসমান, নঙনা নিংবা থুংজরো। ঐহাক নিংথৌ অমুক্তং উনবা পাম্মী।

থোংশংবা :- ( মকোক নোল্লত্রুনা) ননাই ঐহাক সনা য়াথং অমুক্তং লৌ-জরুখিগে।

খোংশংবা :— ইকোক নোম্না পুনেমজরী ইনিংথৌ। নিংথৌগী ফম্নখোংদা যোগী অমা ইনিংথৌবু উনবা পাক্লি। সম্নখোঙদা লেপ্তুনা সনা ম্নাথং ভাইদুনা লৈরে, ইনিংথৌ।

ধর্ম্মিক নিংথৌ :- (চীং-লেমনা) হে: মহার্ষি যোগী ননাইনা দণ্ডবত প্রনাম কৎচরী।

যোগী :— নারায়ন শুভ-মসঙ, নুংঙাই-য়াইফবা, ৰাস্ত-পাদবা ওইরসনু। (মঙ্গল পিবা)

ধর্ম্মীক নিংথৌ :- লেংশিন্বীশি যোগী, ইথুং লোম্নজরগা আসন অসিদা ফম্নীনবা হায়জরী হে মহা যোগী, করি দেশতগী লেংবীরকপনো ? পাপ চেন্নবা নিংথৌ ঐগী লাইবক ফবা মুমিং থোক্লেদনা, কন্নিনা সেবা কৎচগনী।

যোগী :- মহারাজ ! ঐহাক্কী দেশ নত্রগা যুম লৈতে। ঐগী হায়্নববু দেশ দেশ অমসুং তির্থ, দেবালয় মফম কয়াদা কোয়্নজবা, দর্শন তৌজবা মসিনা ঐগী সহজ চরিত (মহোশাগী হৈনবী) শাজৎনী।

ধর্ম্মিক নিংথৌ :- হয়্রাওনা, নুংঙাইজরে বাবাজি, মুমিং মঙানি তরানিদং ননাই ঐগী কোমুং অসিদা পোৎথাদুনা লৈবীথো। ভমজবা সেবা বহু থরদং কৎচখিগে।

—ফনা ফনা লৈবগে ! বাবা যোগী, মফম অসিদা মতম থরদং লৈবা তারী। বাবাগী লৈননবা নিংথিরবা যুম অমা কোমুংগী মপান্দা শেমজিন-শাজিনু। চান-থরবা নিংথিনা থৌরাং তৌ।

যোগী :— ঙসিগা থানা নুমিৎ নিনি ছুম্নি মফম অসিদা লৈরবনীনা করিগুম্বা,থরদি খঙবা যারেদনা। (অঙাং অমদা) হায়, ইবুং-ঙো লাউ হাম্নি থরা শাম্নসি। য়েংঙোই মরু কোকতুনা ঈশিং হোৎন্নৈ হায়বা নিংথৌ মচাশিং অদু কদাইদা লৈ মখোয়গী ঈশিং শোকফম অদুনা কদায়দনো নহৃ ক খঙবা নত্রা ?

নিংথৌ মনাই :- হে মহার্ষি! তু-আদা, মাংদা উরীবা ঘাট (তু-রেল তাফম) অসিদনী। হৌরিক দন্দ অমগী মতুংদা শোয়-দনা মখোয়শিং অদু ঈশিং শোকপা লাক্লগনী।

গুরুজয় :- করে ইবুংঙো, নঙগী য়ারীদু তাবদা মতুংঙাইরে। ঐ মফম অদুদা চৎতুনা য়েংলুখিগে, ঐহাক য়েংনিংহুনা তৌবনী.... ।

ও-ও! মাম্নি, মরু কোকপা অঙৌবা ফি শেৎপা নুপা ময়াম অমা মথুক্তা ঈশিং শোক্লবা লুপাগী পাত্র (চফু) অমমম পায়রতুনা পরেং শানা লাক্লে।

এ: মসিদি ওম্মোকপনিদা! হে মহা পাপী! ভুচন্দি কৌ-বী ফত্রবী? নুপি ওইবী নহাক্লা অমুক য়াম্বা নুপাশিংবু নহাকদি লৌনম লাংদা থুহল্লগা মনাইগুমনা লাক্লবিবা! কৈ মসিগী দোষ, দন্দ নহাকসু মতম অমদদি শোয়দনা ফঙগনী।

মরু কোকপশিং :- খুরুমজরী হে মহার্ষি যোগী বাবা!

যোগী :— আশির্ব্বাদ পিরবনী মঙ্গল ওইয়ু নখোয় পুম্নমক। মথং মথং নখোয় মী য়াম্লবনীনা, অরোইবগী অসিদি সনাগী পাত্র পাই, ময়ামগী জমান্দারনি। মাম্নি মহাকশি পদ্মনাভ নিংথৌনী। মচাক্লা জমান্দার ওইদুনা ঈশিং হোল্লি।

পদ্মনাভ :- খুরুমজরী হে মহার্ষি! ননাইগী হৌখিবা খুদোংথিবা অরাবশিং পুম্বা কোক্লবা উপায় অমতং তাকপীয়ু। ননাই ঐহাক ঞাম্না বারে, ননাইগী অবাবা কোকপীনবা হুম্না হুম্না বাবাগী খোঙ পায়গুনা হায়জরী।

যোগী :— (খোঙ্গেস ওম্বোক্লগুনা) তাউ নিংথৌ! ঙসি নহাকী অরাসনা, যোগী ঐগী ইখোঙ পাইরগুনা খুরুমজিব। অসি পুন্সিগী ওইনা কাউররোই হায়রবদি ·· ···, নঙগী অরাবা কোক্লবা বর অমা পিগনী।

পদ্মনাভ :— (কপনিং কপনিং তৌনা) হে মহা যোগী! ননাইগী অরাবা অসিবু কোপিরবদি ননাইগী ঈরৈবাক য়েরগা লাই-শুমনা লাংচগুনা চরন সেবা তৌজগে। ননাইনা মপোক অসিমগী মহার্ষি যোগীবু কৈদৌনুংদা কাওজরোই।

যোগী :— (নোক্লগুনা) ফরে, নঙগী অবাবা হয়েংগী নুমিত্তা শোয়-দনা কোকহল্লগনী। মহুদগীদি নহাকী অরাবা দশা পুম্ন-মকমু কোক্লসনু। আশিৰ্বাদ পীরবনী। নহাক ময়ামগা লোয়ননা চৎপ্রো?

উম: কমদৌশিবা! মসিদা লাক্লিবা অসি নিংথৌগী মনাইনী। (মনাইদা) ইবুংঙো! নহাক মকম অসিদা অমুক্তা লাকখো।

নিংথৌ মনাই :— তাকপিশি„ বাবা যোগী তাকপিশি। ননাইদা করি কয়ম্বা য়াথং — —

যোগী :- (চিঠি অমা ইরগা) সেঃ মসি ইনিংথৌ ইবুংঙোগী মফমদা য়োহল্লু। শোয়বা য়াদ্রবনী, কাওগনু।

নিংথৌ মনাই :- (নিংথৌদা) খুরুমজরী ইনিংথৌ! ননাই যোগীনা চিঠি অমা খুৎশিন্নবীরকই। মিয়েং অমুক্তং তাবীশি।

নিংথৌ :- (চিঠি ফাক্তোক্তনা পায়কই) মহারাজ, ঐহাক্কী যোগ শক্তি-না খঙবা ঙমে। ঙসি হয়েং খঙদনা কোন্নুংগী মনুংদা অঙকপা উপদ্রোব অমা থোক্লবা য়াই চেকশিন্নু।

—(য়ামনা চিংননা) পাত্র মন্ত্রি পুমনমক মিৎ ন'কোঙ শিংনা লৈ-বীনবা খঙহন্নরী। লৈবাক্কী চেকশিন থৌরাং পাইহৎপীয়ু। ঐহাক যোগী বাবাজীগী মফমদা চৎতুনা তান্নর্ক্খগে।

নিংথৌ :— হে: মহা যোগী, মহাত্মা! মনাই ঐদি বাবনা থম থেংলে. লৈফম খঙদ্রেনে। কৰি থোক্লগদৌরীবনো ননাইদা শেংনা অমুক্তা তাকপীয়ু—।

যোগী :— মহারাজ, থোইদোক্লস্ব চিংনবিগন্ন : ঈশ্বর হায়বা অর্মাদ লৈরীদনা, ঈশ্বরনা কম্বা ওইশন্ন। অহুগা যোগী ঐনস্ব অঙম্বা শক্তিগী মনুংদা লৈবা মথৈদি হোৎনজগনী।

# তরানিথোইশুবা শরুক ঃ-

যোগী :— ঙসিগীস্ব নিংথৌ মচাশিং ঈশিং শোকপা লাক্লেদনা। য়োং অমস্থং পোৎয়োম অসি পুদুনা মথোয়গী লম্বীদা লৈরগে।

নিংথৌ মচাশিং :- খুরুমজরী, হে মহার্ষি যোগী! নঙগী থৌজালনা ঐখোয়বু অরাবদগী কন্বীয়ু।

যোগী :— আশির্ব্বাদ পিরবনী, নখোয় পুমনমক ঈশ্বরনা কন্বীবা ওইসরন্ন।

পদ্মনাভ :— যোগী বাবা, ননাইনা অমুকস্থু হুন্না খুরুমজরী ননাই ঐহাকস্থু ইথৌদাং পাংথোকপা চৎচরে।

মরুকোকপশিং :- ( ঘাটতগী ঈশিং শোক্লগা হুন্না হুন্না য়েংহুনা মথং মথংচৎলখি। অয়োইবদা জমান্দার পদ্মনাভ য়াওরকই )

যোগী : পদ্মনাভ ! মহাশয়, নহাক ঙাইথো; মফম অ'সিদা লাকখো।

পদ্মনাভ : ঐনা পুরিবা ঈশিংগী পাত্র অসি থংজখিগে বাবাজী। তাবিয়ু ! হে মহা যোগী ননাইনা খুরুমজরী। ননাইদা করি তাকপিগদবা ? ( খুরুম্বা )

যোগী :— তাউ মহাশয়, মতম থয়গী মমাংদা নহাক্কী মমল নাইত্রবা পোৎ অমা মাংখিত্রা ?

পদ্মনাভ :- অঙকপনী, হে, মহাঋষি ! করি হায়বা... ... ।

যোগী :- হায়য়ুনে নিংথৌ ! চিংনগম্নু তশেংনা মাংখিত্রনে ?

পদ্মনাভ; — যোগী বাবাদি বাফম অদুবু করমনা খঙবীরিবা ? পোৎশক অদু মাংখিবদগীনি ঐহাক্না অবাফমদিদা তারিবা পুম্নমকসে। বাবাজি ওয়োকপনী, ননাইগী মমল নাইত্রবা ইরল ইদু মাংশ্রবনী ( কপ্লক্রে )।

যোগী :— য়াগনু, নঙগী মাংখ্রিবা পোৎ অদু শোয়দনা ফঙলখিনী। ঐনা উদ·খঙদবা লৈতবনী। যোগ শক্তিনা পুমনমক খঙবা ঙম্মীবনী।

অদুগা সেঃ ঐ য়া অমগা হায়গে মুন্না তাউ বাফমশি কনা অমত্তা খঙহনবা, তাহনবা য়াদেকো। মী খঙখিবা নত্রগা তাখিবা থোক্লবদি নহাক্কী অমাংবা, খুদোংখিবা শোয়দনা থোকনী। য়ামনা চেকশিনগদবনী কাউগনু। ওসি হয়েং অসিদা নহাক্কী দশা পুম্নমক কোক্লগদবনী।

ঐনা নঙগী ঈশিংগী পাত্রা অসিদা শেংঙবা অঙৌবা ঈশিং থরা হাপ্লবনী। মসি যতন তৌনা পুগদবনী, শোয়বা য়াবা নত্তে। ঐনা অশেংবা ঈশিং অসিদা মস্রা শোল্লবনী। ঈশিং অসি মশাদা চোংহল-শোকহবা য়াদে-কো। মসিগী ঈশিং অসি পুরগা নহাক্কী রাজকুমারী ভূচণ্ডিগী মনাক্তা থম্লগা য়াম্লা থুনা মপান থোরক্কদবনি।

পদ্মনাভ :- ফগনী, হে মহার্ষি যোগী ননাইনা খুরুমজরী, ঈশিং অসি ইকোক্তা পুত্নুনা চৎচরে।

ভূচন্দ্রি :— ইত্তা ইবেম্মা নখোয় অশাবা কোক্লনি, অমোৎপা লৈররোই। মুঙাইয়েদা, নিংথৌ মচা মীনাইশিং অসিনা রাজনবা ঈশিং মথং মথং পুরক্লেদনা। জমান্দার অসিনসু ১াগী অরোইবা ঈশিংগী পাত্রা থনয়ে ইনাক্তা।

মনাই মতারোই ২ :- জমান্দারনা পুরকপা ঈশিং অসিনা ইবেম্মা ভূচণ্ডি নঙগী লবায়দা নিংথিনা হৈথজরক্কে। (ঈশিং হৈবা) — হৈমা! মজা ইবেম্মা ভূচন্দ্রি অসে য়োং ওনখরে। ওন্থোক্পনী ঐখোয়সু য়োং ওল্লেদনা, ( য়োংশিং অত্নুনা পোৎ-চৈ লোয়বা লংথাইরকই, অমসুং মখোয় মশেল চিক্লরকই, লাও থোংনরক‌ই )।

মীয়াম :— হায়মা! করিনো তৌরীবশিদি, মচাইবেম্মা অমদি মনাই মুপি লোইনা য়োং ওল্লেদনা... । মাংলে মাংলে লৈবাক মচাশা ইনিংথৌগী মফমদা অমুক্তা তমলুসি। চৎশি ঐখোয় পুমনমক চৎশি লৈবাক মাংবা তারে।

মনাইশিং :- ইনিংথৌ ইবুংঙো, ননাই ঐখোয়না হন্না হন্না খুরুমজরী। মচাইবেম্মা অমসুং মনাই মুপি অনিমক হৌজিক য়োং ওন্দুনা, চিক্লহনা লৈহৌরে।

ধর্ম্মিক নিংথৌ :- হা ! করি হায়রবা । ইপাগী ইবেম্মা নহাকপু য়োং ওল্লে হায়রবা ! ইপাদি মাংলেদনা, করিনো ঐনা তৌদোরিবা অসিবু··· ·· ইপাগী ইবেম্মা ভুচন্দি, হা-ভুচন্দি (থরো থরো ওন্না ভেংথ-নাওইননা কপথরে )

তারিবা নখোয় ময়ামবু । নখোয় ময়াম্না য়োং অহুমমক ফারগা পুন্দুনা থম্মু । নাম্বোকহনখিবা য়াদে ।

ঐ যোগী অহুগী মনাক্তা চৎলুখিগে । মখোয়বু কনবীনবা উপায় থিরুখিগে । (যোগীগী মনাক্তা চৎখিবা)

যোগী : — হা-ইনিংথৌ ইবুংঙো ! ইনিংথৌ বুঙোগী ইচানুপী অহুবু······ করিনোনে হায়বীরিবশিবো ! করি মতৌনোনে মহারাজ !

ধর্ম্মিক নিংথৌ :- হে মহা যোগী ! পুন্নমকসে থঙবী উবীরমগনী । ননাই ঐগী ইচানুপী ভুচন্দি কৌবী অসে তাইবঙ মীশক নত্তবা য়োং ওনপ্রে । ইচাবু অমুক্তা কন্বীয়ুনে, হা-মহা যোগী, ইচাবু অমুক্তা কন্বীয়ুনে ।

যোগী :— উমঃ তপথবীয়ু মহারাজ, খুদোংখিবা উপদ্রব অমা হায়বহু তারেদনা । চিংনবীগনু মহারাজ, ঐনা ওম্বা শক্তি মথৈ হোৎনজগনী । ঐনা খল্লহন্দি, থোক্লিবা মওং অহু নত্তবা অতৈ অমা ওইগদ্রা হায়না চিংনরম্বনী । অদুবু ঈশ্বরগী থৌজালনা মজাইবেম্মদা থোক্লিবহু লাইবক ফরবনী ।

ধর্ম্মীক নিংথৌ :- করি হায়রীবা ···! করিনো-নে যোগী ? তাকপিরিবা অহুবু । ননাইগী ইচাদি মহাক (ভুচন্দি) নত্তনা লৈজদে । অনি শুজবসু নচ্চদেনে, হে মহা যোগী মহাক লৈত্রবদি ঐহাকনা হিংলুবগী করি কাররুখিনী ?

যোগী :- বারৌবিরোই মহারাজ, ঐনা ঙংম্লাইদবা অতৈ খুদোং-থিবা থোক্লগদ্রা হায়দুনা চিংনজবনী অদুবু ঈশ্বরগী থৌ-জাম্ন। মদু নত্তদুনা নচা ইবেম্মাদা থোক্লরে। মসিদি ঐগী শক্তিগী মথুংদা লৈবা থবক্তি হায়জবনী মহারাজ। তা-বীয়ু মহারাজ, ঐনা ঙমগদবা থবক্নী মসিদি।

ধর্ম্মীক নিংথৌ :- হে মহা যোগী। তোল্লবা নিংথৌ ঐগী ইচা নুপীগী পুন্সি কব্বীয়ু। কনব্বীয়ু, ননাইনা হন্না হন্না খুরুমজরী

যোগী :— লেংলশি মহারাজ, লেংলশি। পুংগদবা পোৎয়োম পুমনমক থোঙ্গৎচরে। কোন্নুং তমনা চৎপীরো ননাই যোগী লাকচরে।

কোন্নুংগী ময়াম :- ভুচন্দি য়োং ওল্লে। হায়না হায়না য়োংশীং আস চীক্লরে। হৈমা করম্নো, করমনো তৌরীসিবু। (পুম্নাং লাংই)

যোগী :— ময়াম পুমনমক অমত্তা লাংবীগনু। তাবীয় কোন্নুংগী মথুংদা লৈরীবা, পুমনমক থোকপীগ্রো ? করিগুম্বদা লৈ-হৌবা মী য়াওরবদি য়োং ওনগনী।

কোন্নুংগী ময়াম :- হায় লাক্লো চৎলশি। লৈজহৌম্নু নখোয়মু য়োং ওগ্গনী। চৎলো ঈশিং হোনবা নিংথৌমচা মীনাই ঐখোয়মু থুনা থোকহৌরশি। জমাদ্দার ঐবু করম তৌশিগে ! অয়োইবদা কনা চীথহৌরীবগে, তৌকম অমা খঙদ্রেদা।

যোগী :— পদ্মনাভ মহাশয়, নহাক্তি অমুক্তা চংলকখো।

পদ্মনাভ :- মহা যোগী, ন-ন্য-ই ঐ-বু.....।

যোগী :— করিনু কিগনু ! ঐ য়াওরীদনা তুমিন্না রা থরা হায়গে তাও। য়েংঙোই, নহাক নঙগী মমল নাইড্রবা পাত্র অমা

মাংখিবত্থু মক্ষম কদাইদা লৈবগে হায়বত্থু খিহৌরো । চংঙ্
চিংনরুগনু । (চঙখিবা, খুজাই থেংনখিবা )

পদ্মনাভ :- ও ! ঐগী মমল য়াম্নবা পাত্র অহু ভূচন্দিগী কাদা
য়েংগে — ·· । লৈরে, লৈরে মান্নি মসিনী । বাবা যোগী
মসিনী ঐগী পাত্র অহু —(খুজাই থেংনবা) ।

যোগী :- ফরে, নঙ মহু পুরগা মপাল থোকখ্রে ? পোং অহু মী
উহনগনু ; চেকশিললু ।
ভাইখো তাখো, করিগুম্বদা পোং অহুবু পুরগা নঙনা
লোম্না চেলখিবা থোক্লবদি নঙসু অমুম্না য়োং ওল্লগনী ।
মহু নহাক কাউগনু ?

পদ্মনাভ :— ফগনী বাবাজি ! জয় অজ্ঞা !

যোগী :— কদাই কদাই, য়োং পুল্লিবা মফমদো, উম, লৈরেদনা
মীনা ওনবা য়োংশিং অসে — । হে মহা পাপীশা, মতম
অমদা নখোয় শোয়দনা মহা পাপকী প্রায়শ্চিট্ট ফঙগনী ।
সে, অমুক মী ওল্লরো—? নখোয়গী নথক্তা রাক্ষস ময়াগী
মী ওনহনবা ভম্বা ঈশিং অঙাংবা অসিনা চাইথবীয়বনী ।
(ঈশিং চাইশিম্বা) নখোয় হৌজিক্তি মী ওল্লেদনা — — ।

মী ওল্লবা য়োংশিং :- খুরুমজরী হে মহা যোগী ননাই ঐখোয়গী
পুন্সি কল্বীবগীদমক্তা বাবাজিগী খোঙ পাইহুনা খুরুমজরী ।

কোনুংগী মীয়াম ;- নুংঙাইরেদা, মচাইবেম্মাশিংহু মী ওলহল্বীরে ।
নংনা জগোয় শারো, ঐনা ঈশৈ শরুগে, মানা পুং য়ৈরশনু । নুংঙাইরেদা —- নিংথৌনা মনা য়েনবীরে হয়াওবা
মপুঙ ফারে, নুংঙাইরে । (ময়াম লাংহনা হয়াওমিন্নবা)

ধর্ম্মিক নিংথৌ :- হেঃ মহা যোগী, মখাতানা তাকপীযু সনা-লুপা অমদি ঐগী লৈজবা সম্পটি অগিতা নত্তনা ধর্ম্মিক ঐগী প্রানদান (থরায় কৎপা) ওইরবস্থু ননাইনা চীংনজরোই ।

যোগী :— মহারাজ ! সনা লুপাবু যোগী ঐনা করি তৌগনী। ঐনা নিজনিংবা অমতং লৈ । মদু পীবিগদ্রা ?

ধর্ম্মিক নিংথৌ :- তাকপীযু যোগী ননাইদা ! রাশক্তুনা হায়জরী, ননাইগী থরায অসি কচ্চৌ তাকপিরবস্থু কৎচগনী ।

যোগী :- মহারাজ, চানবীদুনা ঈশিং হোন্নরিবা বন্দি নিংথৌমচা ১০০ অসি ঐঙোন্দা পীনবীরো ?

ধর্ম্মীক নিংথৌ :- নোক্লদুনা, এঃ অদুগী ওইরে, হে যোগী কৎচরে পুমনমক নঙগী চরন্দা হুরাওনা ।

যোগী :— পেল্লে মহারাজ, মহারাজগী মীচুংশিনা মতম কুইনা বন্দি ওইরুরবা নিংথৌ মচাশিং কোন্নুং থাদে.কত্রিভৈদা হুরাও কুম্মৈ উৎপিদুনা লৈবাকী প্রজাশিংগা লোয়ননা মবুক পেন্না পিজ-পীথক তৌবীরো ? ঐস্থু হয়েংমক মফম অসি থা-দোকতুনা হুজপ্রগে ।

বন্দিশিং :- মরুপ্ মপাংশিং ঐখোয়বু করিগীনো যোগী বাবা অসিনা পুগদোরীবা অসিবু । অদুগা মফম কদায়দনো পুগদোরীবশিনা ? খঙদে ঐখোয় অমত্তা খঙদে, ওন্থোক-পনীদা মতৌসি !

বন্দি ১ :— কনানা খঙগনী, লাইবক্লা তম্বা হায়বদুনি । য়েংলশি থোক্লবা অমা লাকচরনী । মদু পুম্বা থেংনবা তাইদনা ।

# তরাহুমদোইশুবা শরূক ঃ-

{ যোগীনা হনখিবা }

যোগী :— ঙসিদি ঐহাক হনগদবা মুমিংনী। মুংশিরবা কোমুংগী প্রজা মীয়ামস্থ মথুম-মরাং ইহৌ হৌনরম্মী।
ইরাং লাংনৈ। অসি ওইরেকো মীওইবগী খোঙচং। ফরে, ঐগী য়োং, ঐগী পোংয়োম পুমনমক তয়ারী তৌরবনী। কোমুং তমনা চংলগে।

কোমুংগী ময়াম :- ইস চয়বা যোগীগী শাজোলনা ঐখোয় পুম্বা কলক য়েংখিনবা কাউথোকহল্লিদা। নিংথিদা ওইজ-ওইথক অপুমবা লোইনা তুংওইনহল্লি মুংশিদা বাবা যোগী চংখিগদবা পাম্মুইদা।

ধর্মীক নিংথৌ :- লোংশিঙীয় হে মহা যোগী। মান মর্য্যাদা উংতুনা নোল্লক্লা খুরুমজরী।

যোগী : — শুভ মষ্টা ! আশিব্বাদ তৌজরী। মহারাজ ! মহারাজদগী বীদাই নিজরী, ঐহাক চংনবা থৌরাং তৌজরগে।

ধর্ম্মিক নিংথৌ :— ইপাগী ইবেমা ভুচন্দি লা-ও ! ইপানা ঙসিদি হায়-দোকখিবা বাশক ঙাকপা ওইনা নহাকপু যোগী অসিগী মক্কমদা শিন্নরবনী। ইচা কাইনবগী মৈচাক্তো ফঙহৌরেদো— ঙসিদি — ইপাগী ইবেমা —(কপ্লরুই )।

মমা মহারানী :- ইমাগী ইবেমা নহাকপু চংপা তারবরনে ? ইমাবু কয়মনা লৈহৌগদগেনে, ও-ইবেমা। (ওয়-খোইনা কপ্লকই ),

যোগী :— করি অমতা চীংনবীগনু। মতম খরগী তুংদা অমুক উম্নতুনা শোয়দনা শকখঙ মায়ংঙনরকখিগনী। ময়াম পুম্ন- মকসু নুংঙাইতবা তৌবীগনু বিদাই পিজরী।

ধর্মিক নিংথৌ :— নিংথৌ মচা বন্দিশিং নখোয় পুম্নমকসু মহা মহর্ষি যোগীগী তুংইন্দুনা চংগ্রো ? নখোয়দা চংনবগী অয়াবসু পীরবনী।

বন্দিশিং :— ঐখোয় ময়াম চংলশি, ঙসিদগী ঐখোয় বন্দি ওইদ্রবনী। বাবা যোগীগী তুং ইল্লশি … … ।

ভুচণ্ডি :— ইপা ইবুংঙো নচা চংচরগে। নচানা খুরুমজরী। মুংশি রবী ইমা, নচাদি ঙসিদগী লোইরেদো ( কোন্দুনা কপ্পিম- ম্লে ) ইমা, নচানা বিদাই লৌজরে। বাবা যোগী, নচাসু বন্দিশিংগী মরক্তা লাকচরে, মতম চুপ্পদা পুবীতুনা নচাগী লম্বী তাকপীয়ু।

---

## তরামরিশুবা শরুক :–

{ মরৈবাক্তা লাকমীন্নবা }

শুনঃশেফ :- নুশিরবী ঐগী য়োং লেপ্তুনা চংশি, ঐগী পোৎয়োম তা- হোবা য়াদে লেংবান্দা লৈয়ু। ভূচণ্ডি, পদ্মনাভ অমসুং বন্দি নিংথৌ মচা ১০০ নখোয় ঐগী তুং ইল্লকউ লেপ্পা য়াদে, চংশি।

বন্দি নিংথৌ মচাশিং :- ঐখোয়বু পুবীরিবা অসি মকম কদায়দনো ? লম্বী অসি খণ্ডনা অম্নুম চৎপা তারব্রা ঐখোয়বু ? ( চিবোন চিবোন ভাংনৈ ) ।

শুরগুয় : ঐখোয় ময়ামশি লমশাং লাকপগী রানফমগনী । ফরে, লম্বী ময়াদা চেল্লিবা তুরেল অসিগী মপান্দা হৌরীবা মনা পূংলবা উ-রা ময়াম অসিগী উরুমদা চণ্ডশিন্দুনা পোন্থমন্নরশি । নখোয় ময়াম ঈশিং খৌরাংবা কাংবুনা ঈশিং থক্লরো অদুগা পোৎথাবা য়াবা কাওবুনা পোৎথারো ?

বন্দি খর্‌রা :- ঐখোয়বু কদায় ফাওবা পুগদৌরীবনো ? পূন্সি চুপ্পা মীনাই ওইবা তারব্রা ? লা-ও-নে মরুপ ঐখোয় অমুক্তা তুমিন্না থম্নশি । তৌফম থংদে মরুপ, ঐখোয়সে বন্দিনী বন্দি ।

যোগী : - তাবীয়ু ভসি ঐগা লাকমীন্নরীবা নিংথৌ মচা পুম্নমকসে বন্দি ওইবা তোকতুনা নভগী নভগী নরৈবাক নরৈবাক্তা হন্দুনা য়োনপ্রোকো ? কায়নরশিকো মরুপ পুমনমক… ?

বন্দি ময়াম :— থৌজাল হৈরবা হে যোগী ! মতম পুম্বদা মঙ্গল ওইবীয়ু । ঐখোয় পুম্ববু নহাক্কী থৌজালনা অরাফমদগী কোকপীরেদো ভসিদৈ । পূন্সি চুপ্পা ইবুংঙো নহাক্কী লমন তোল্লবনী । ননাই ঐখোয় পুমনমক্কা হন্না হন্না খুরুমজরী ।

পদ্মনাভ :-ঐগী খুজাই য়াই-ওইবা অসি মী উদনবা ফি য়েৎশিনহুনা খাংদা পুনহুনা থম্বনা ফবা তাই । হুম ! তুংদা লোৎপনা ফবা তাই । ইয়া য়াদেদা করম তৌশিবা ?

যোগী :— মসিগী মতৌ অসিবু কবিনো ? মহাক্কী পুকচেল অসি লুজদদা ।

পদ্মনাভ :- থুরুমজরী হে মহা যোগী। ননাই ঐহাকসু চৎচরগে, বীদাই পীবিরো।

যোগী : নিংথৌ, নঙগী দেশ কদায়দনো? মাইকৈ কদোমদা চৎকদবনো?

পদ্মনাভ; — তু-সোমদা, অরাং পাংবা লম্বী অসোমদা চৎচগ-দৌরীবনী। অদুগা ... ... (চিংননা পাউখুম পীবা)

যোগী :— অদুদি করে, ঐখোয় অনি লম্বী তিন্নরেদনা; মুংঙাইনা চৎমিন্নরশি। অতৈ ময়ামগা চৎমিন্নগনু।

পদ্মনাভ :— বাবা যোগী! ময়ামবুদি তুমিন তুমিন থাদোকপি-প্রগা, ঐবুদি করিগীদমক্তা ... থা-দোক-পী-দ্রি-ব-নো?

যোগী :— নিংথৌ! ঐনা হায়বা য়াও নত্রবদি নঙগী অফবা ওই-রোই।

পদ্মনাভ :- হে মহাত্মা! ননাইগী আপরাধ কয়াবু ঙাকপীয়ু। ননাইনা য়াজরে ... .. ।

যোগী :— মুংশিরবী যোং, ঐগী পোৎয়োম চৎশি লেপুনা, লৈযু লেংবান্দা লেপ্দনা। ভুচঙি নঙগা পদ্মনাভগা নবানী ঐগী তুং ইল্লকউ। অরাং পাংনা অসুম্মক চৎলশি লাকউ লেপুনা।

পদ্মনাভ :- ঐগী খুজাই য়াই-ওইবা অসি লৌনবগীদমক্তা ওইবা তাই; যোগী অসিনা ঐবু থাদোকত্রিবা অসি। নত্রবদি অতৈ নিংথৌ মচাগুমনা ঐবুসু থাদোকত্রিবগী মরম করিগী-নো? (য়ামনা চিংননা থল্লি) করে, হেক্তা হংলগে ....।

— যোগী বাবা ননাইবু করিগুম্বা অমত্তা হায়জনিংঙি অদুদা — .. ।

যোগী :- হায়রুনে, হায়রুনে নঙনা করিনো হায়নীংবা অদো? তাশি করি করম্বা বাফমনো হায়রুনে।

পদ্মনাভ :— বাবা যোগী আ-চাম্বতুনা খুজাই য়াই-ওইবা অসিমতদি ননাইদা পিনবীয়ুবা — —।

যোগী :— (নোক্লতুনা) হে নিংথৌ! যোগী ঐনা নঙগী খুজাই অহুবু করি তৌনগনী হায়রগে? মতু ঐ পামদে; নহাক্কীনি। খুজাই অতুগী হাক্তকীনি নহাক্না অবাফমদা তাক্লবা অদো। মদু নঙ লৌজো। নখোয়সু লমশাং লাকপগী রায়মগনী ভাইহাক অমুক পোৎথাখিশি।

যোগী :- পদ্মনাভ অমসুং ভূচণ্ডি নখোয় অনি ভাইহাক্তং ফম্মথো। ঐ তুমাং য়াম্না শোয়ে অমুক্তং তুরেলদা ঈরুজরুখিগে। ঐগী পোৎ ময়োমশিংগা পায়রীবা য়োংগী থৌরী অসিগা থাদোকপা য়াদে, ঐ চৎলে ঈরুজবা।

—ঐগী ইশাদা তৈরীবা বিভুৎশিং অসি তৈথোক চামথোক্লগা কোক্তগী জটা অসিসু লৌথোক্লগে অতুগা শেংনা ঈরু মায়থজংরগে। অতুগা ঐহাক যোগী ওইবা তোকতুনা মন্ত্রিগী ফিজেং অতুমক শেৎচিল্লগে। লোয়ননা য়োং ওইনা ওল্লিবী মুদ্রাবতীদা মী ওন্নবা ঈশিং অঙাংবা অসি থরা চাইবীতুনা অমুক হন্না মী ওইরশনু! মুদ্রাবতী মী ওল্লবনীনা হৌজিক অমুক খোঙচৎ অসিদা চৎমিন্নবা শেম শাবনা ফরগনী।

শুরঞ্জয় :- শেম্বা শাবা লোইরবনীনা মুদ্রাবতী নহাক লাক্লো। হৌজিক্তি ঐখোয় অনি পুম্না পদ্মনাভ অমসুং ভুচন্দিনা লৈহৌরীবা বট পাম্বী অতুগী মনাক্তা চৎলশি। (চৎখিবা)

পদ্মনাভ :— ইস-এ—(য়ামনা ঙক্না, শাওনিংবা, ইকায়বা, নুংঙাইতবা পুম্না থম্মোয়দা লান্দারম্মী, অতুগা মুম্না য়েংতুনা লৈরম্মী।)

শুরঞ্জয় :- খুরুমজরী, ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইনা লানখিবা ঙাকপীগনী।

পদ্মনাভ :- হে শুরঞ্জয়! নহাক্তি মুংঙাইরেদনা, মুপী মশক ফজরবী অমগা লোয়নরবনীনা। য়েংঙোই, নঙ ঐনা লেপ্লখিবা অমসুং হায়নখিবা শবান্দুসু ঙাকত্রে। নহাক্না চৎখিবা মায়কৈদা মুমিৎ কয়ানি লৈরুই হায়য়ু।

শুরঞ্জয় :- মহারাজ ইবুংঙো! ননাই শুরঞ্জয়না চৎপা য়াবা মফম কয়া চৎলুরগা লেপ্লখিবা থা মরি হেক শুবা মুমিত্তা বট পাম্বী অসিগী মখোঙদা য়োৌজরকই।

পদ্মনাভ :— উমঃ শুরনজয় নহাক্না ঐগা করি হায়নখি? থা মরি শুবদা লাকত্রবদি খোজ্ল লিনশি অসি নত্তব্রা?

শুরঞ্জয় :- ঔ-হোয়, মাম্নি ইনিংথৌ, হায়নখিবা অমসুং লেপ্লখিবা বাগী মতুংইন্না থা মরিশুবগী নোং হেক ঙানবগা মথা পাংনা মহারাজগী খোজ্ল লিজহ্নুনা লাকচরীবা অসিনী।

পদ্মনাভ :- করি হায়বা শুরনজয়! নহাক মুপিমচা অমগা লোয়নহ্নুনা ইরাং অমদা তাওরহুনা ঐবু উশিংত্রে, অসি নৎত্রা? ঐবু লক্করীবা নত্রা?

খঙঙ্ শুরঞ্জয়, ঐনা নিংথৌনি অহুগা নঙনা ঐগী মন্ত্রীনী। করি হৌজিক্তা লাক্লিবা নঙনা, ঐগী খোজ্ল লিরকই হায়বা! ওঃ শুরনজয়, নঙনা ঐবু লক্করীবাকো।

শুরঞ্জয় :- এ-এ মহারাজ, মহারাজদা লক্কবগী ইতিক নচ্চদে। অশেংবনী। মহারাজগী নাক্তা অসুক কুইনা লৈহ্নুনা অরা-অনা থৎদনা হোৎনজরীবা ননাই ঐবু উদে, খঙদে হেক্তা হায়বীবদি ধর্ম্ম হায়বা ঈশ্বর অহুনা শাউরোইদ্রা মহারাজ?

পদ্মনাভ :— করি শুরনজয় ! হন্না হন্না ঐবু লকরীবা ! নিংথৌ পদ্মনাভ না করি ভম্মী হায়বহ্ন নহাক মতিক খঙনীংব্রা ?

শুরনজয় :- শাওবীগনু মহারাজ, অমুক্তা তপথনা হায়বীয় মহারাজগা লাকমিন্নবা যোগী বাবা অহু কদোমদা চৎগ্রবগে ?

পদ্মনাভ :- আ-করি হায়বা ! করিগীনো যোগী বাবা অহু নঙনা হংলিবদি ? মহাক্তি মহাষি যোগীনি হৌজিক ঈরুজবা চৎখ্রিদনা ।

শুরনজয় :- তাবীশি মহারাজ ! ফজগ্রবা মহারাজগী শম অহুবু লু শিৎ নাননা কোকথোকপীরীবা অসি করি ময়মদগীনো ?

পদ্মনাভ :- আ - মসিদি; হুমাং শৌমন্দুনা অহুক কোক্লিবনী ।

শুরনজয় :- তপবীয় মহারাজ, যোগী অহু অমুক লাক্লোই । যোগী অহুগী মহুত্তা ননাই শুরনজয় ওইনা লাকচরবা অসিনী । মহারাজগী খোঙ্গুল লিরকপদা নকুটি দেশতা থেংনজহুনা যোগীগী শক্তম লৌজরগা মহারাজবু অরাক্নম বন্দি ঘরদগী (শঙ্গদগী) কনজহুনা লৌথোকচরক্লিবা অসিনী

পদ্মনাভ : — হা ! শুরনজয়, করি হায়বা ইসঃ নহাকপু ... ... । ঐগী থরাই কন্নীথিবা —? হে শুরনজয় ইবুংঙো নঙগী নয়মদা থুরুমজরী ।

শুরনজয় :- হৌনদে-নে মহারাজ ; ননাই ঐনা হন্না হন্না অমুককা থুরুমজরী ।

মুক্তাবতী ১দি ভূচণ্ডি : - ইসঃ মসিবু করি করম্বা মতৌনো ? অমনা লৈবাক্কী নিংথৌ, অমনা মন্ত্রি অঙকপনী থোদোকশিং অসি ।

পদ্মনাভ :— হে মহা জ্ঞান্নি ! ওন্থোকপনীদা রাজ ভোগ না ময়াই কারুরবা পদ্মনাভ নিংথৌ ঐনা, সংসারদা ঐ মঙাইরে হায়হুনা

নাপল কাক্লবা, বিদ্যা মহৈগী শুনবু মশক খঙস্নুদবদগী ফংলিবা অস্নুক চাওবা দোষ ময়াম পুমনমক শুরঞ্জয় নহাক্না অমুক্তা ঙাকপীয়ু। নহাক নংলমদ্রবদি ঐনা মফম অতু থাদোকতুনা ঈরৈপাক অসিদা অমুক হন্না য়েৌরকপা ঙমদনা বন্দি ঘরদা পুন্সি অসি অতুমক লেন্নমগনী। নহাক্কী থৌনা, নহাক্কী লৌশিং, তৌবা ঙম্বা শক্তি কয়াবু নিংশিংতুনা খন্নুবদা অঙকপনী। ময়েক শেংনা খঙজরে ঙসিদি। পুমনমক অসি বিদ্যা মহৈগী পাঙ্গল শক্তিতনা ওইবা ঙাম্নবনী। মহৈতনা পাঙ্গলনি (*Education is always strength*), মতম চুপ্পদা নহাক্কী বিদ্যা মহৈতবু কাউদবা ওইরশনু।

—শুরঞ্জয় নহাক্না ঙসিদি সংসার অসিদা অথোইবা পোংশক্তি বিদ্যা মহৈনী, লাইব্রিক হৈবনা অথোইবনী হায়বা নিংথৌ ঐগী মিংকী মমাংদা তশেংনা প্রমান তৌতুনা উংলে।

—ঐগী লৈবাক রাজ্য অসিগী খুঙ্গং খুঙ্গং খুদিংদা মফম মফম পুমনমক্তা বিদ্যা মন্দির হায়বদি মহৈ তম্ফম শঙ লিংখৎতুনা মীপুম খুদিংমক লাইব্রিক হৈহন্নবা হোৎনন্নগনী। লাইরিক হৈবগা চাংদম্নবা য়াবা অতৈ পোৎ অমত্তা জগৎ শংসার অসিদা লৈরমদ্রে।

—তাউ শুরনজয়, পদ্মনাভ ঐনা আজ্ঞান মুর্খ ওইতুনা বিদ্য মহৈ হৈরবা মীবু শুরনজয় নঙবু শিংনরুবা, মসিদগী হেনবা অতোপ্পা অপঙবা অমা অমুক লৈরমদ্রে।

—পদ্মনাভ, ঐবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু্নে। নঙগী নক্মদা হন্না হন্না খুরুমজরী— —।

শুরনজয় :- মহারাজ, মহ করিস্ন লৈতবা থবক্কী থন্দোবপীয়্। মতুগী মহুৎতা খোঙচৎ অসিগী মুংঙাইরবা বারিশিং তমজগে তাবীসি।

হৌখিবা রারীশিং মথং মথং শিজরগে "মী লৈতবা দেশ তমদা হীংচাবী অমনা চুপী মচা অমবু য়োং অমুক ওনহল্; মী অমুক ওনহল তৌতুনা লৈরম্বা খেংনজরকই। হীংচাবী অতুনা লৈবাক অতুগী প্রজাশিং, শাংষণ পুম্নমক চাখোকখি। চুপীমচা অতুগী মতেংনা হীংচাবী অতু হাৎখিরম্মী। রাক্ষস মায়াগী ঈশিংনা মীবু য়োং ওনহলখি য়োংবু মী ওনহল-কতুনা ভসি ঐখোয়গী ইনাক্তা লেপ্লরীবী চুপী মচা অসি পুজ-রক্লিবা অসিনী। চুপী ওইনা পুরক্লবদি লগ্নী লমশাং লাক-পদা থুদেংথীব লৈগদবা কয়াতু লৈতনবা য়োং ওইনা পুর-কপনী।

পদ্মনাভ :- শুরনজয়, নঙবু অমুক্তা কোনগে, ঐগী পুক্নিং পেম্না! হে মহাজ্ঞানি, বীর পুরুষ! নহাক্তা সঙ্গ তৌজবা ফঙলিবা পদ্মনাভ ঐ অসে কয়াদা লাইবক ফগ্রবা! পৃথিবীদা চুমিৎ থানা ভাল্লিবা মথৈদি নহাকী নশুনসে মুৎলরোই।

শুরঞ্জয় :- ইবেম্মা ভূচণ্ডি চঙশিল্লকউ লাও। ( মথুৎ পাইরগা ) মহারাজ, ইনিংথৌগীদমক্তা রাজ কুমারী ভূচণ্ডি অসি ইচল শক্লা নফমদা কৎচরবনী।

—মহারাজ, ননাই মূদ্রাবতী অসিনা ননাই ঐগী সেবা ফঙ-জরশনু — —। লৌশিনবীসি মহারাজ, ইচল ভূচন্দিবু কৎচরী।

ভূচন্দি :- থুরুমজরী ইনিংথৌ। ননাই তোল্লবীনা।

পদ্মনাভ :— ইবেম্মা ভুচন্দ্রি! চংলশি নিংথৌ ঐগী কোন্নুংদা। লমশাং লাকপদা য়াম্না থোইনা হেম্না বারম্মগনী। নখোয়স্থু অৱাবগী শরুক তমগ্রে. পুন্সি পরিক্ষা অমগী দমক্তা।

শুরঞ্জয় :— ইবেম্মা মুদ্রাবতী, ঈপাক অমদা তিল্লসি। হৌখিবা কয়াবু তুংওইনয়ম্লগা কাওথোক্লো? নও ঐগী পুন্সিগী লম্বী-দি অসিনী। লম্ফাংলবা ঈপাক্তা থেংনখিবা পুম্নমক ঈশ্বর মাগী থৌশিল্লি। নোংদম্বা মানা পীরকপা য়াথংবু ফীগাও শানা পুত্থনা লাক্লো চৎলশি ইথুম মাইকৈ পাং-লশি — — —।



— { লোইজরে } —

## অইবগী পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং :

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ওলাংথাগী লৈরাং | - | শৈরেং মচা |
| ২। | ভারত সরকারনা মনিপুর লৌশিনবা | - | দোকুমেন্টেসন |
| ৩। | সাগৈগী পুৱারী | - | সাগৈগী ৱারি |
| ৪। | করিগীদমক ওঝাগী নুমিৎ | - | নোবেল |

Printed at : YAIBEE PRINTING WORKS,
Wangjing Keithel